# ধৈরE গাল্লেংন
# য়াইফ পাউজেল

কেশো সিংহ ইবেংবা



ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর

ইবমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল), অবাং পোৎশংবম

# YAIPHA PAOJEL

A collection of Manipuri Poems by Kesho Singh Irengba of Awang Potsangbam Khunou, P.O. Mantripukhri - 795002 Manipur published by Irengbam (O) Khomei Devi on behalf of Iramdam Meeyamgi Apunba Khorjei Lup (IMAKHOL) Awang Potsangbam


অহানবা ফোংদোকপা : সেপ্তেম্বর ১৫, ২০১৩

অফোংদোকপা : ইরেংবম ওঙবী খোমৈ দেবীনা ইমাখোল, অৱাং পোৎশংবমগীদমক্তা ফোংদোকপা।

হক : অইবা

লাইরিক মশীং : ৭০০

মমল : মখুম অপাবা লুপা ১৫০
মখুম অথাবা লুপা ২০০

মখুম দিজাইন : অইবা

ISBN NO 978-81-926804-5-3

ফংফম : অইবা মশা, ইমাখোল, অৱাং পোৎশংবম খুনৌ,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল,

ডি তি পি তৌবা : রোমেশচন্দ্র কম্প্যুটর্স, অৱাং পোৎশংবম

নম্ফম : লমযানবা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

যাম্না কোইনদবা
লাইগুম্লবা অহল অমনা
নৎত্রগা
যাম্না নুংশিনজবা মৰুপ অমনা
মৰুপ অমগী মফমদা
নৎত্রগা
মখা থাবা তোবো খোদানবা
মচা মনাওদা
যাম্না নুংশিনা থম্মোয শেংনা
অমদি
নোকফেৎ তৌনা
ফাগী জুগায তৌদুনা পীবা
থম্মোযদগী থোবকপা
যাইফ পাউজেলদুনি।

# ৱাহৈ খরা

শ্রীকেশো সিংহ ইবেংবা, সাহিত্য বন্ননা পুথোক্লিবা শৈরেংগী লাইরিক "যাইফ পাউজেল" হায়বা অসি অনৌবা মখলগী পাউতাকসু যাওববা Self explanatory ওইবা ৱাখল যাম্না শলহনবা ঙম্বা মাগী খোমজিনবা শৈরেংশিংদনি হায়না থমজনীংই। অমবোমদা অৱাংবা থাক্কী নৈনবা যাবা লোয়ননা নৈন নৈনবগা অথুম্বা খোইহীগুম্বা যাওবা পোৎশক অমনি হায়বসু যাই। লাই তীনগী, অকোয়বগী ফিবম, মহৌশাগী, ঈশিং নুংশিৎ, মালেমগী, লমচৎ শাজৎকী, পুন্সিগী হিংবা শিবগী, মরূপ মপাঙগী, মপোক নুমিৎকী, যুম্বাম্লোলগী, নুংশিনবগী, ৱংৎবগী, অসিনচিংবা মী ওইবা অমগী পুন্সি খোঙচৎতা থেন্নবা যাবা পুন্নমক ইবা Golden thought কী পাউজেলনিসু হায়বা যাই। লাইরিক অসি পাউজেল ১২০ মুক্কী অপনবা মশক্নি। মসি পুথোকপদা অবাবা কথা অমা অইবনা থেংনবমগনি। অদুবু মহাক্না মায পাক্লা পুথোক্লবা মতুংদদি লনগৈ অমা ওইনা তুং কোইনা লৈতৌবগনি।

শৈরেং মশীং অসি যাম্বনা পুন্নমক নৈনজদ্রবসু খবদং লৌখৎচদুনা নৈনগে। মীওইবগী ৱাখলবু ফোঙদোক্লিবা অমসুং মদুবু ফজববা আর্টকী মশক হাপ্পুনা, লন নান্না তক্কুনা, নাম্দুনা পুথোক্লকপা হায়বসি শৈরেংগী শক্লোন অমনি হায়না অথাঙ অৰ্হৌশিংনা মোৎ পীবম্মী। মদু শ্রীকেশোগী খুপুথোক অসিমক্লি, Poetic diction যাওববা শৈরেং ঙাওর্জনি হায়বা যাই। অসি গুম্বা মখলগী শৈরেংশিং অসি ১৮ শুমা সতাব্দীদগী ইবা হৌনখ্রে। মেশেজ পীবা শৈরেং মখল অসিদ অতৈ ষ্টৈটশিংদদি লৈবম্না যাবে অদুবু মণিপুরদদি মশীং অসি খবা লিক্লা লৈবি।

মরূপকী মতাংদা হায়বম্না লৈ। "There is no man so poor if he has a friend There is no man so rich, if he is without a friend মসিগা বাহন্দোক নক্লবদা অইবনা হায়রি, *"ঐ খ্বাইদগী লাইরক ফবা মী অমনি, মবমদি নঙগুম্বা অমগা মরূপ ওইবা মংজবগী।"* (অশেংবা মরূপ, লাঃ ৮) পুন্সিগী মতাংদা হায়রি "Life is arithmatic/Multiply the happyness/ Devide the sorrow/Add the friends/Subtract the enemies কবিনা হায়রি, *"নঙনা খ্বাইদগী ফৈ খনবদু অদুম তৌ, নাঙ্গে ৱঙলবদি অনীরক তৌবদু।*

*নুমিৎ খুদিংগী অনৌবা হোংনবা হোংনৌ, মখল মখেল হাযবসি পুন্সিগী মখেলনি।* (মদুনি অফবা পুন্সি হাযবদো, লাঃ ২৪)

অসিগুম্না যাইফবগী পাউজেল মযামসিনা পুন্সিল্লগা শেম্না শৈরেংগী লাইবিক অসিগী মমিং, অপূনবগী মিংথোল ওইনা "যাইফ পাউজেল" হাযনা অইবনা যাম্না চাননা থোল্লি হাযজনীংই। কনাগুম্না যাম্না নুংশিনবা মরূপ অমগী মফমদা নৎত্রগা যাম্না তোবো খোদানবা মখাতাবা মচা মনাও অমগী মফমদা পীবা পাউজেলশিংনি হাযববসু যাই লাইবিক্কী মিংথোল ওইবিবা "যাইফ পাউজেল"।

অদুগা ইংলিশতা "Happy birthday to you" হাযনাবগুম্না কবিনসু হাযবি "*অদুগা নবেপ থুম্না পৈশানা পৈবসনু, নঙগী নমঙদো মঙফাওনবা ওইবসনু, অখন্নবা নপোক নুমিৎ অসিগীদমক্তা, ঐনা যাইফ পাউজেল পীজবি।*" (নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল–১, লাঃ ৪১) Margret Wolfe Hungerford না হাযবম্মী, ""Beauty is altogether in the eye of the beholder" কবিনসু হাযবি, "*ঙাকপিবনা নমন খুম্বদগী ..না ফৈ, চুম্না তৌখিবা থবক ইনাক খুল্লি, খুৎহৈবদি পুক্নীংগী মমিদু পুথোকপানি, ফজবা হাযবসিদি মীংনা নুংশিনা উবদুনি।*" (ফজবা হাযবসিদি মীংনা নুংশিনা উবদুনি, লাঃ ৭৩)

"Our life is what our thought make it" হাযবসিমক কবি অসিগী শৈরেং অমদা মম ত্যাবি, "*মীওইবগী ফনবা খন্না পুন্সিদু র্তিক চাববনি, পুক্নীংনা হকচাং অসি মমায চুমই, মহাক্নুনা মপুক্নীং অদু ৱাবকপা ঙম্লবদি, মহাক মালেমদা অখোইবা মী ওইবে।*" (পুক্নীংনা হকচাংসি মমায চুমই, লাঃ ৮০)

বাইবেলনা পীবা কান্নবশিং অদুগী মতাংদা বাইবলনা অশুম্না হাযবি, "The word is a lamp unto my feet and a light unto my path" কবিনসু হাযবি, '*বাইবেলনা মী অমবু মবাইবক ফহনবসু ঙম্মই, ৱাহৈনা ..মীজোল পীদুনা ফহনবসু ঙমই, ৱাহৈনা মী অমদা চৈনা পীহনবসু ঙমই, ৱাহৈনা থ..না যা..ংগ ঙম ..নবসু ঙমই।*" (ৱাহৈগী মপাঙ্গল, লাঃ ৮৩)

Maxim না হাযবম্মী, "Good books are gold mines" অদুগা Lin Yutang না হাযবম্মী, "The wise man reads both books and life itself" মসিগা চাননা কবি কেশোনসু হায়বি, "*লাইবিক পাবা থোক্তবা মীংতাঙ্বনি, লাইবক ইবা হৈতবা লোন থোক্তবনি, লাইবিক্তা যেংঙু মী ওইগে হাযববাদ, লাইবিক্তা ..ঙুঙু মী থোইগে হাযববদি।*" (লাইবিক যাওই, লাঃ ৯৩)

চীং তমগী তোখাই তানীংবগী ৱাখলশিং অদুবু ফত্তে হায়না পাউজেল পীদুনা কবিনা মদু থাদোক্লবা পাউজেল পীবা মমল যান্নবা শৈবেং অমদা অসুম্না ফোংদোক্লি। *"হিংমিন্নশি হায়দুনা হিংলবদি, হিংমিন্নবিবা পুম্নমক্কী হিংশি, তমগীতা নত্তে, চীংগীতা নত্তে, মালেম ইমাগীদমক্তা হিংশি।"* (মালেম ইমাগীদমক্তা হিংশি, লা° ৯৭)

Love makes the world worthwhile হায়বদু মহাক্কী খুৎই অসিদা যাওব। ঈশ্বর্নদ নুংশিবনি, মাতনা অবেপ্পনি হায়বা ফোংদোকপা মতেক অমগুং পল্লদা, *"মসিমসু কাউগনু নোংমা নিংতক্লোই, মসিমসু খংউ নোংমা নহাক কপ্লকখিগনি, মসিমসু কাউগনু নোংমা নহাক থবকখিগনি, অশেংবা নুংশিবা কনাবদা লৈ হায়না।"* (থিবকখিগনি অশেংবা নুংশিবা, লাঃ ১০১)

অবোইবগী শৈবেং অমদনা মী পুম্নমক্ল "হেপ্পী ন্যু ইয়াব" হায়না হবাও তয়াম্না ওক্লবিবনি। অদুবু মদু কবি কেশোনদি অনৌবা চহী লাকপা খুদিংগী অহল ওইশিল্লক্লিবনি হায়দুনা ফোংদোক্লি। *"অবিবা চহী লোইখবে, অনৌবা চহী লাক্লে, হেন্না চহী যামখৎলক্লে, হেন্না অহল ওইশিল্লক্লে।"* (অনৌবা চহীনা লাকপদা, লাঃ ১২০)

মহাক্কী শৈবেংশিং অসি মখল মথেল কয়ানি। মসি পুম্নমক ফজবগী ফজবা ভাক্তা ওইবনা কবস্না লৌখৎলগা কবস্না থনমগনি হায়বা খন্দোকপা ৱার্বনি। অদুনা অসিগুম্বা ফজববা লৈ পবেং অমা ফংবা হায়বসি অইবশিংগী লাইবক ফবনি। মখাতানা ইবিবকখিগনি খঞ্জবি।

অৱাং পোৎশংবম,
সেপ্তেম্বব ৩, ২০১৩

**বাজকুমাব গুণচন্দ্র**
ফাউন্দব প্রসিদেন্ট, ইমাখোল

# জেনরেল সেক্রেটরিগী ৱারোল

ঈশৈনা পুন্সিগী অৱা নুংঙাইগী খোঙচৎকা লোযনদুনা চৎপগুম শৈবেংসু মীওইবা ঐখোযগী পুন্সিগা লোযনদুনা চৎলি। ৱাখলগী মমিশিং অদু শৈবেংদা তাবনা শৈবেংনা পুন্সিগা নকুবনি হাযজনীংই। ঙসি ঙসিমক্তি লমদম অসিদা শৈবেং লাইবিক ঈশিং ঈচাউগুম হেনগৎলক্লি। শৈবেংদি অযাম্বা মীওইনা পানদে হাযনৈ। অদুবু কবিগী শৈবেং পাবোইদগে। লোযনশিল্লোন সাহিত্যগী হৌবকফমদি শৈবেংনি। কবিগী ৱাহৈ পবেং অমমম্মা মীওইবগী পুন্সি মাযকৈ ওলহল্লিবনি। হীংশানা থল্লবা ওমচাক্লবা লমদমসিদা পুক্নীংবু ঈংহনবা ঙম্বা, পুন্সিবু লমজিংবা শৈবেংশিং খোবকপদা তবাম্মা ওক্লোইদবা কনা লৈবগে ? শৈবেংবু পামজবা মীওই কযা ঙসিসু লৈতবা নত্তে। অফবা মগুণ লৈবা শৈবেং পুথোক্লবগী পান্দমদা অখন্ননা শৈবেংগী লাইবিক্তা মনা কযাসু থম্লবক্লি। ইমাখোলদসু অফবা শৈবেংগী লাইবিক পুথোক্লবগী ইঙ্গীৎতা ৱাবীবম ওঙবী শঙ্গাযজাওবী অমসুং মচাশিংনা শৈবেংবু পামজবা ৱাবীবম মৈনোগী মিংদা "ৱাবীবম মৈনো শৈবেং মনা" কৎপীদুনা ২০১৩ দগী পীবা হৌজখ্রে।

ঙসিদি কেশো সিংহ ইবেংবগী শৈবেংগী লাইবিক "যাইফ পাউজেল" ইমাখোলনা মীযামদা খৃদোল তমজনবগী তাঞ্জা অদু ফংজবে। ইমাখোলদি অইবা অসিগী খুৎই অদু লাইবিক ওইনা পুথোকপদা তেংবাংজবখক্কনি। লাইবিক অদুগী থাক্তি অপাবশিংনা লেপ্পীগদবনি।

ইমাখোলনা মমাঙদা শৈবেংগী লাইবিক ১৯, ৱাবী মচাগী ৬, ড্রামাগী ২, অতেনবা পুন্সিবাবী ৩, ঈশৈ শৈবেং ৪, পাউবৌ পাউতাক ১, পাউবৌ পাউখোং ১, গাইদ বুক ১, ৱাবেং ১, লমকোয ৱাবী ১ অমসুং ফুঙ্গা ৱাবী ১ পুন্না লাইবিক ৪০ হান্না পুথোকচখ্রে। ঙসি ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মনিপুবনা পুথোকচবিবা কেশো সিংহ ইবেংবগী শৈবেংগী লাইবিক "যাইফ পাউজেল" অসিনা ইমাখোলগী ৪২ শুবা লাইবিক্লি। মীযামগী মফমদা পাবীনবা ইমাখোলনা লাইবিক অসি খুৎশিন্নর্জবি।

সেপ্তেম্বব ৪, ২০১৩

তোঞ্জম সবোজিনি চনু
সেক্রেটবী, ইমাখোল

# অইবগী ৱাবোল

ঐহাক যাম্না অঙাং ওইজবিঙে ক্লাস সিক্স তম্বা ১৯৬৪ অদুৱাইদগী হৌনা লাইব্রেরীদগী লাইবিক ৱাযদুনা পাবা হৌজবকখি অমদি স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপ্পনবা ৱাবেং শৈবেং কযা ইবা হৌজবকখি। চহী খুদিংগী পুথোক্লম্বা ঐনা তমজবিবা অৱাং পোৎশংবম হায স্কুলগী মেগাজিন্দা ঐগী শৈবেং নৎত্রগা ৱাবেং অমদি শোযদনা হাপ্পনবা হোৎনজখি। মদুনা ঐঙোন্দা ইনীংবগী ঈথিল অমা কন্না পীবকখি অমদি চেজেৎ অমত্তং ফংবদা কবিনো পূক্লীংদা ফাওবকপা অমদি হেক্তা ইশিনবগী হৈনবী অমা শেমগৎলকখি। মদুদগী হৌবদুনা ঐনা কলেজ তম্বা মতম অমদি মদুগী মতুং তাবকপদদি ইশিন্দুনা থমখিবশিংদু মশীং ফনা যামশিল্লক্লে। অদুবু লাইবিক ওইনদি ফোঙবা ঙম্বগী খুদোংচাবা লৈতবনিনা অমত্তা ফোঙজখিদে। স্কুল কলেজগী মেগাজিন, 'মতম' কৌবা চেফোঙনচিংবা খবর্দদি হাপশিবসু মযাওই।

লাইবিক অসিমক্ষ হান্না ইদুনা লৈখ্রবা ঐগী অচোইবা শৈবেংশিং অদুদগী খবা লৌখৎচবগা নৌনা অমুক শেমদোক শেমজিন, হাপতোক হাপচিন তৌবগা ২০০৭ দা কম্প্যুটবদা সেত্তিং তৌবগা থমজশ্রবনি। অদুবু খুদোংচাদবা খবদগী অমদি পুথোকপা ঙমজবদগী মতমচানা ফোঙবা ঙমজখিদ্রে। মদুগী মতুংদা অমুক ফোঙদোকচবগে হাযনা পূক্লীংদা চপ যুংনা খল্লক্লবা মতমদুদা শোযদুনা তুশিন্বদা অকাযবা লীক্লিনা ঐগী ওযথংবা খোঙ খূনীংগী যাম্না মক ওইবিবা তেন্দন মবীসি যাম্না থীনা ককথৎথোকখ্রে। মদু শম্নবগী জৱাহবলাল নেহরু ইনস্টিট্যুৎ ওফ মেডিকেল সাইন্সেস, পোবোমপাৎতা ইমবজেন্সি মেজব ওপবেসন অমা তৌজখবে।

খুদোংথীবসে লাক্লবদি মবী মবী খুৎ শম্নদুনা লাকই হাযনবদুনি। মদুগী মতুং মতম খবা লৈবগা অমুক হার্ত এতেক তৌক্লুনা ৱাখল তাদনা জৱাহবলাল নেহরু ইনস্টিট্যুৎ ওফ মেডিকেল সাইন্সেস, পোবেমপাৎকী আই সি সি ইউদা অশিবগুম তাদুনা নুমিৎ ১৪ অমুক্সু লৈজকবে। যুম্লোমদনা অনাবগী ফিভম লুবে যাববোই, ঙসি হযেং মতম খঙবা নৎত্রে হাযদুনা লোন্না শুৎ শুৎ কপ্পদুনা হেক পূথবকপদা পোৎলোইবা যানবা যৌবাং তৌদুনা লৈকবে। অদুবু ঈশ্বরগী নোংদমদগী লাইবক ফদুনা অনাবা খবা ফগৎলক্লবদা পি জি আই চান্দিগবদা চত্তুনা ঐগী হার্তসি বাইপাস ওপবেসন অমুক্কসু তৌজকবে।

মদুনা মবম ওইবগা ঐ মতম যাম্না শাংনা মপান থোকপা ঙমদনা, ফমশেন্নদুনা, ফমুংদা তাদুনা লৈকৰে। মীবক তিনবা ঙমদনা, মীমান্নদ্রবা মী হাযবদু ওইদুনা, কা মনুংদগী হেন্দোক্তনা যাম্না পূক্লীং নুংশিনা, কপ্তুনা মতম শাংনা লেঞ্জকৰে। অদুনা মবম ওইবগা ঐগী ফোঙগে তৌজবল্লবা লাইবিক খবসি মফম মবাং খঙদনা ফোঙবা ঙমদদুনা থল্লকখিৰবনি। চহী কযা হৌখ্রগসু মপূং ফাদ্রবসু পক্লীংগী নিঙাই অমদি পূবা থাংবা ঙমদদুনা ঙসিদি লাইবিক ওইনা ফোঙদোকচববনি।

লাইবিক অসি মাঙজৌননা পাবীদুনা ৱামাঙ যানবগী ৱাহৈ খবদং ওইববসু ইবিবকখিবা বাজকুমাব গুণচন্দ্র, লাইবিক অসিগী ৱামাঙ যানবা ৱাবোল ইমাখোলগী ওইনা ইবিবিবী তি সবোজিনি চনু, জেনবেল সেক্রেটবি, ইমাখোল, লাইবিক অসিবু মশক তাকপিবিবা শবতচন্দ্র লোংজোম্বা অমদি ঐগী লাইবিকশিংগী মবমদা ৱাহৈ খব খবা হাযবীবকখিবশিং পূম্নমকপু তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোযননা হাযনীংঙাই লৈতনা থাগৎচবি। অদুগা ডি তি পি তৌবীবকখিবা বোমেশচন্দ্র, ফাইনেল সেত্তিং তৌবীবকখিবা লমযানবা প্রিন্তর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফালগী তি মঙ্গি লোযননা লাইবিকসিবু নম্বীবিবা, বাইন্দিং তৌবীদুনা লাইবিক ওইহনবীবিবা অসিনচিংবা পূম্নমকপুসু তৌবীমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক অসি ওইনবা হোৎনবদা মতেং পাংবীবকখিবা পূম্নমক তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

কবিগুম্বা ঐনা শিবম্বা থোক্লবদি ফোঙলম্লবোইদবা ঐহাক্কী শৈবেংগী লাইবিক "যাইফ পাউজেল" হাযনা মিংথোঞ্জবা লাইবিক অসি হন্দক ঐনা হকচাং থজিক্তং ফগৎচবকপা অসিদা ফজবা ফজদবা থিদনা ফোঙদোকচবম্লগে হাযনা লেপচবে। মসিদা অশোযবা, অবাম্বা, মথং মনাও কাযবা, বানান লানবনচিংবা কবিগুম্বদা যাওবম্বা থেংনবীববদি হেন্না ফজনবা তাকপীবকপা পূম্নমক লৌশিঙ্গনবা ঐনা থোঙ লাওনা হাংদুনা থমজবি। অশোয অবান পম্নমক মথংগী খুৎনমদা চুমখোকচগে হাযবা ৱাফমসি থমজবগা লাইবিক্সিবু পাবীবিবা পূম্নমক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোযননা খুৎশিন্নজবি।

অৱাং পোৎশংবম খূনৌ, কেশো সিংহ ইবেংবা

তাং ১৫।০৯।২০১৩ ইং অইবা

# য়াওফম তাকপা

# মায়থীবনা নহাকপু নোল্লুকহল্লি

নুংথিল ওইবম্বদগী নুমিদাং ওইবক্কনি,
মল্লকপদা নহাক্কী অৱাবশিং উবল্লবোই,
কবিসু খল্লুনু পৃথিবীসি কযাদা খাঙবা কল্লিবা,
নহাকসু নুংঙাইবা মঙ মঙদুনা খাঙবা কল্লু।
কবিগুম্বদা লৈই অমা সুম চিংদুনা লৈবৰ্বদি
লোইবা লৈতে চিংবা হেক লেপত্রিবফাওবা,
ঐখোযগী মরূপ ওইবগী মবীসু মদুগুম্বনি,
অদুনা লোইবা খল্বা নাইদনা অসুম লৈহল্লশি।
নুংশিবা ৱাখল তৌদুনা
নুংশিবা মবম অমগীদমক,
নুংশিবা মতম অমদা,
নুংশিবা অমগী থম্মোযদগী,
নুংশিবা ৱাখলগা লোযননা,
নুংশিবা অমগী হৈনজবীদা,
নুংশিবা অযুক অমগীদমক্তা,
নুংশিবা পাউজেল পীজবি।
অযুক্পিমক্তদা মপূ মানা মোমোন নোক্লি,
নুমিৎনা সনা মচুগী মঙাল হৈথবকপদা,
ঐনসু মোমোন মিনোক অমা থাজবি,
মদুনা নঙগী থম্মোযদা যৌহনবা ঙম্মবা।
নুংঙাইবনা নহাকপু খোযথুম্মহল্লি,
চাংযেং তৌবনা নহাকপু পাঙ্গল কলহল্লি,
অৱাবনা নহাকপু মীওইবা ওইহল্লি,
মাযথীবনা নহাকপু নোল্লুকহল্লি।

**যাইফ পাউজেল**

# মসি পারো অদুগা মোমোন নোকউ

মসিগী শৈবেংসে হকচাং চাউখৎকদনা ফেত যাগনে,
হকচাং মাঙনবা পোংচাকসু যাওদে অদুগা নিশা চুনে,
মসি বাখলগী ওইবা পোওনা শেম্বনি,
খুম্নবা রাহৈ মবাং কাযনা যাওবা নত্তনা ।

অদুনা মসিনা থুম্বমুক অতৈনা থুম্বা উম্লোহ,
মসিগী শৈবেংসে পারো অদুগা মোমোন নোকউ,
অদুগা মসিমসু তাউ । মী অনীখক লাংকুনা
ঐঙোন্দা নহাক্কী মকমদা যাম্না কপ্পা হংখ্রবনি ।

ঐনা মখোযদা নহাক্কী লৈফম তাকখ্রবনি,
যাম্না থুনা মখোয অনী ননাক্তা লাক্লগনি,
মখোযগী মমিং হবাওবা অমাদি নুংশিবা কৌর্বনি,
মসি খঙলবদি নহাক মোমোন নোক্কে নংত্রা ?

নহাক বাখল খনমল্লবা উবিং থুংলক্কনি,
নহাক কপমল্লবা নমাযদু খুইবক্কনি,
নোক্লবদি খজাই চাযকংদা পবা কুংশিল্লক্কনি,
মদুদি ফজবনি অদুনা মোমোন নোকউ ।

খ্বাইদগী শুম্ফৎনাংঙাই ওইবা মীশক্ক নহাক্কি,
খ্বাইদগী লৌশিং নৈবা মীশক্কুসু নহাক্কি,
খ্বাইদগী চা লেম্বা মীশক্কুসু নহাক্কি,
অদুগা মসিগা তোকঙাসি শন্দোক্লিবা মীশক্কুনা ঐনি ।

# মরূপকী মরী

ঐনা পামজবা মীদুগী ঐ মোমোন্নে,
ঐনা চেকশিঙ্গবদুগীদমক ঐনা কপচৈ,
ঐনা নুংশিজবদুগীদমক শকক যাজৈ,
ঐনা নুংভাইজবদা হবা ওনা নোকচৈ।
ঐনা লাপথোকহঞ্জনীংদবদা পাউজেল থাজৈ,
ঐভোন্দা নঙমুক মমল যাম্না লৈতে খঙ্গো,
মালেমাসদা থিন্দা অমা ফংলবোই খঙ্গে,
অদনা নঙদি মাঙবা যাদনা মরূপশুন খঙ্গে।
মরূপ খয়দা লৈই হায়বসি ঐ খঙই,
মরূপ ওইবগী মরী শাগৎপদা মতম চঙই,
মরূপসু মশাগী মথৌ যাম্না চিন্না হায়বসু খঙই,
অদুনা কাউদে হঙনবা পাউ থানবা চঙই।
মরূপকী মরী মালেমগুম পাক চাউই,
মথাংমগবগুম মরেপ লুই,
নোংমদোনগুম মরেপ বাংই,
মমা ওইবীগুম থৌজাল হৈ।
মরূপকী নীংশিংবদি মাঙবা লৈতে,
অয়ুক অঙনবা নোংযাযগী বা লৈতে,
থম্মোয়দগী খক লাপথোকপা লৈতে,
কায়নবসি হায়না খক হায়বা লৈতে।
খুদোলদি অচৌবা অপীকপা হায়বা লৈতে,
মরূপ হায়বসিদগী হেনবা অমা লৈতে,
খুজিগী অকোয়বদা চৎপগী লোইবা লৈতে,
মদুনি মরূপকী মরীসু লোইবা লৈতে।

যাইফ পাউজেল

# অশেংবা মরূপ

মহাক্রবু অশেংবা মরূপ ওইববদি
মতমচুপ্পদা মরূপ্পু তবায়া ওক্তুনা লৈ,
মরূপ্পা ৱাববা মতমদা নুংঙাইনবা ৱাখল পী,
মরূপ হাযবসি হেক্তা যৌবা ঙস্না মফম্নি।
মরূপ্তি থম্মোয খ্বাইদগী শেংই,
অকনবা যোৎকুম মপাঙ্গল কল্লি,
মমল খ্বাইদগী তাঙবা অচুম্বনি মরূপ্তি,
অদুগুম্না অশেংবা মরূপ্তু নঙনি।
অযুক নুংথিল ঙালহন্নবা মপূনা নুমিৎ শেমই,
নুমিদাংদা ঙালহন্নবা মপূনা থা শেমই,
মীযাম নুংঙাইহন্নবা মপূনা ফাগি শেমই,
ঐগী মরূপ ওইনবা মপূনা নঙ শেমই।
মরূপ্তু লৈবদি অদুম লৈবা থৱাম্মীচাক্তুম্বনি,
অদুবু মতম পূম্নমক্তা উবদি ফংলোই,
ঐ খ্বাইদগী লাইবক ফবা মীশক অমনি,
মবম্দি নঙগুম্না অমগা মরূপ ওইবা ফংজবগী।
অফবা মরূপ্তি কম্প্যাতবগুম্বনি,
মহাক্রা মরূপকী পুক্সিবু এন্তব তৌশিল্লি,
মহাক্কী থম্মোযদা সেব তৌশিল্লি,
কৈদৌনুংদা মেমোবিদগী মুথৎপা তৌদে।
অশোযবা অবাম্বা মযাম্দুদি মুথৎলি,
অচাপোৎ ওইববদি খ্বাইদগী অহাউবদুনি,
থৱাম্মীচাক ওইবগনা খ্বাইদগী লংবদুনি,
মরূপ ওইবগনা খ্বাইদগী অথোইবদুনি।

যাইফ পাউজেল

# মতমচুপ্পদা নুংঙাইনা লৈয়ু

নঙনা নুংশিজবা মহাক্তুগীদমক মোমোন নোকউ,
নহাক্কী মীনোক্তুনা কনাগুম্বা অমদি নুংঙাইহনগনি,
খেন্নবা লম্বীদা খেন্নবা মওঙদা লাক্কনি নুংশিবা,
ব্রা ঙাঙদবা মিনোক্তুনদি লোইনমক লাকশিনবা ঙমগনি।
মোমোন নোকপা নুংশিবগী মবোলনি,
মোমোন নোকপা থম্মোয ফানবা থৌবীনি,
মোমোন নোকপা মীঙুম্নবা উপাই অমনি,
মোমোন নোকপনা মতিক মযায হেনগৎহল্লি।
গুলাপ অথোইবা লৈনি শুক্নৎপা ঙম্বগী,
উঁকিল অথোইবা মীনি কেশ লেপ্পবগী,
শগোল অথোইবা শানি লমজেল তান্নবগী,
নঙ অথোইবা মীনি মোমোন মিনোক তম্বগী।
মোমোন নোকপগী থবক ফজনা তৌ
অদুনা নঙ মোমোন নোকউ মতমচুপ্পদা,
নুংঙাইবা খেংনববসু মোমোন নোকউ,
অৱাবা মাযোক্লববসু মোমোন নোকউ।
অবাবনা নথক্তা হৈথনক্লবসু মোমোন নোকউ,
কনাগুম্বনা চৈনা পীবক্লবসু মোমোন নোকউ,
নহাক্তি পুন্সিচুপ্পা অদুম মোমোন নোক্তুনা লৈয়ু,
মবর্মদি কনাগুম্বা অমনা নহাকপু চেকশিন্না শেন্নবীবি।
নঙনা মোমোন্নবা উববা নুমিত্তুমা হেন্দোক্লা যাবে,
অবাবা খুদোংথিবা অমত্তা খেংনববোই,
অদুগা নুংঙাইবদি থম্মোযনুংদগী হৌই,
অদুনা মতমচুপ্পদা নুংঙাইনা লৈয়ু।

যাইফ পাউজেল

# ঙসিগীদি নুংঙাইনা তুম্মশি ইমা

মসিনা ইপানি,
যাম্না ফৈ অমদি থৌজাল হৈ,
মসিনা ইমানি,
যাম্না মীনুংশি চাউবী থৌজাল হৈবীনি।
মসিনা ইযাম্বনি,
নোংম নোংমগী চাউখৎলক্লিবনি,
মসিনা ইচেনি,
কৈদৌনুংদা লাইখি অমা থাদবীনি।
মসিনা ইনাওনি,
চাউখৎপা হৌবক্লিবনি,
খুন্নাইগী যুম্বী ওইবগদৌবিবনি,
পূন্নমক্লিনা ঐখোযগী ইমুং মনুংগী মীশিংনি।
ইমা নঙগী নাকোং অনী,
নুংশিনা যেংবীবা মীৎ অনী,
অপীকপা নাতোন অমা,
ওন্থোক্লা মিনুংশি খঙখ্রে।
নঙগী অপীকপা খূৎশা তবা,
অপীকপা খোঙশা তবা,
অশাংবা নখুৎ অমা,
মদুনা ঐবু চেৎনা কোন্বীযু।
অদুগা অপীকপা চীন অমা,
মদুনা ঐবু নুংশিনা চুপ্পীযু,
ঐগী খজাই অনীদা ওন্না ওন্না,
ঙসিগীদি নুংঙাইনা তুম্মশি ইমা।

যাইফ পাউজেল

## অচম্বা থৌরম

ঙসিগী কোবৌ নুমিৎসে তাখবে,
থরাম্মিচাকশিংনা তগুপ তবেং ঙাল্লবে,
পোম্বী চেক্লাশিংসু মকোন্দা চঙনখবে,
মীপূম খূদিংমক মযুমদা পোথানখবে।
হে থাজ নঙসু মুশি মুশিনা ঙাল্লু,
হে মালংবা নঙসু তপ্না তপ্না শিৎলু,
হে পৃথিবী নঙসু তপ্না তপ্না লৈযু,
মবমদি ঐগী মরূপ তূম্বা চঙগ্রে।
নুংশিবসে তেনখ্রপোৎনি নুংশিবা হৈযু,
অশাউবসে হকচাং শোকখ্রপোৎনি মসি লাকশিল্লু,
অরাবসিসু মতম খবতগীনি মাযোক্লবা ঙমউ,
নীংশিংবসে খোযথুম্লবনি মসি লুনা তৌ।
কনাগুম্বনা অঙাঙবা মচুগী মবী পামই,
কনাগুম্বনা হিগোক মচুগী মবী পামই,
ঐনা মরূপ ওইবগী নুংশিনবা মবীদু পামই,
অদুনা ঐনা মরূপ ওইবগী পুকচেলবু পামই।
নঙগী খোঙউপতো কাওখোকখ্রো,
মবক্তা ঙাইহাক পোখাবো,
নুংশিবা ঈশৈ লৈখৎলো,
জগোই শাবো নীকথবো।
মোমবর্তি থাউমৈ থানগৎলো,
অহাওবা কেক্তো কক্লো,
নুংঙাইবা নুমিৎ ওইহল্লো,
মদুনা চাউনা পাঙথোকপা অচম্বা থৌবম্লি।

যাইফ পাউজেল

# মরূপকী য়াইফ পাউজেল

মরূপ অমগী ঙমখৈ খঙগে তাল্লবদি
লোইবা খল্বা হাযবা লৈতে,
নুংশিবা হাযবসিগী ঙমখৈ লৈতে,
চেকশিন্না নীংজবগী অবোইবা লৈতে।
চেকশিনবা হাযবসি মচল অমনি,
অশেংবা মরূপ্পু হিংদুনা লৈহন্নবা,
মতম্না খাইদোক্লদুনা লাপ্না লৈনববসু,
নঙগীদমক চেকশিঞ্জবদি লেঙদনা লৈবি।
নুংশিবা অমদি হবাও তযাম্বনা থল্লহল্লো,
নহাক্কী ইমুং মনুংবুসু হবাও তযামহল্লো,
ছুতি, দিবালি অমদি চহী হৌবা খূদিংদা
হবাও তযাম্বা নুংঙাইবা চাওখৎপা ওইবসনু।
নিংথৌকাবনা লৈবাকপোকপদা চৎলি,
যুমশকৈশ উন্নে অদুগা শগোলশেনদা হংই,
ইবাইনা থাংজদা অসুম্না হায মদুদি
নোংমাইজিং নুমিৎতি মরূপ উন্নবগী নুমির্থন।
মরূপকী মবীদি থম্মোয লৌবখক্তা নত্তে
মসিদি অশেংবা থম্মোয খনবগী থবক্নি,
অশেংবা মরূপ্তি মশীং লীকই খবর্তনি,
মদুগী মনুংদা নহাক অমদি মশীং চল্লে।
ঐনা নীংশিংবদা নঙগুম্বা মরূপ অমা লৈখি,
ঐনা চহী কযা রাখলনা শাগত্তুনা লাকচবি,
মদুগীদমক্তা ঙসিসু মোমোন নোকপা ঙমজবি,
অফবা মরূপকী যাইফ পাউজেল পীজবি।

# লাই খুরুমজরগা চাক্লেন ফংবীয়ু

খ্বাইদগী খোযথুম্নবা থৱায অমনা
নহাকপু লুনা ভাৰ্কপি শেনবীববা
অদু ওইববদি মহাক অদো
নহাকপু ভাকপি শেম্বীবা লাইদুনি।
খ্বাইদগী খোযথুম্নবা মীওই অমনা
নহাকপু নুংশিনা তৌবীববা
মহাক অদো নহাক্কী ইমুং মনুংনি
অৰ্মদি নহাক্কী অশেংবা মন্দপ্রি।
মপা মমাগী নুমিৎ পাঙথোকপদা
খ্বাইদগী ফবা মপা মমাশিংদুনা
খ্বাইদগী ফবা মচা মশুশিংদুদা
যাইফ পাউজেল পীবীবক্নি।
গনেশকী অবাম্নগুম্না লাইবক ফসনু,
গনেশকী উপালগুম্না পুক্সি নুংশাংসনু,
গনেশকী উচীগুম্না অৱাবা পীকসনু,
গনেশকী লদুগুম্না পুক্সিদো খোযথুম্নসনু।
তাতাগী থাক ফাওবা যৌবা ঙম্লসনু,
বিবলাগুম মবন মথুম লৈহল্লসনু,
বাজপাযিগুম অখাঙ কন্না ওইহল্লসনু,
বুশকুম তৌবা ঙমহন্বীবা ওইবসনু।
নঙগীদমক চাক্লেন অমা লাঙলি,
চেকশিন্না নীংজবা নুংশিবা ঈও তল্লা
থাজবগী যেঙ্গাং মথেল মথেলশিং যাওবি,
লাই খুরুমজবগা চাক্লেন অসি ফংবীয়ু।

যাইফ পাউজেল

# অযুক্কী য়াইফ পাউজেল পীজরি

ইংলিস মবোন্দা ''গুদ মোর্নিং !''
ফ্রেঞ্চ মবোন্দা ''বোন জোব !''
স্পেনিস মবোন্দা ''জে ক্কালকো !''
ইতালিযান মবোন্দা ''এ তিমো !''
ঐগী অচন্বা লোন্দা ''অফবা অযুক ওইবীযু !''
থম্মোয শেংবনা যোমশিল্লবনি,
লাইঁ নীংজবগী লীপুন্না পুন্সিল্লবনি,
নুমিৎচুপ্পা নঙবু নুঙাইহন্বীনবা নিজববনি।
মপান্দা যেংথোকউ কযাদা পেন্নীংঙাইনো,
কোবৌনা নঙগীদমক্তা মোমোন নোক্লি,
উপাল ব্রাপালনা নঙগীদমক্তা জগোই শাবি,
হকাম লাওনা চন্দুনা হৌগৎপা মতম ওইবে।
নুমিৎনা নঙগীদমক্তা মঙাল ফৃদোংনবি,
উচেক ব্রাযানা নঙগীদমক্তা ঈশৈ শক্লি,
মবমদি ঐনা ঙবাং লোইনা নীজখ্রবনি,
নহাক্কী অফবা নুমিৎ অমা ওইহনবীনবা।
মোমোন নোক্কুনা অযুক্তা হৌগৎলু,
লাইদা খুকুমজদুনা থৌজাল নিজৌ,
ঈশৈ অমনা থবক হৌবগী মৈবা চুখৎলু,
নহাক্কা লাকপগী নুংঙাইনবা খুকুমজৌ।
অদুগা নহাক্কা হৌগৎপগা তৌগদবা থবক্তি
নহাকপু হিংহনবীনবা মপুবু খুকমজৌ,
অদুগা অতোপ্পবু হিংহন্নবা নশাদু ঈকুজথোকউ,
হা হা হা ! অফবা অযুক্কী য়াইফ পাউজেল পীজবি।

# মচু থোকপা য়াওশং ওইরসনু

পুন্সিসে মচু মচুনি,
পান্দমসু মচু মচুনি,
খুৎশেমসু মচু মচুনি,
মঙলানসু মচু মচুনি।

নহাকসু মচু মচুনি,
অফবসু মচু মচুনি,
অনৌবসু মচু মচুনি,
ৱাখলসু মচু মচুনি।

পূম্নমকক্সে মচু মচুনি,
মদুদি নহাক্কা উবিবদুনি,
মচুগী কুম্মৈ তৌবো নুংঙাইবো,
নহাক্কী মাযথোঙ মচু মচুনা লৈতেংলো।

মচু থোকপা পোৎ চাম্মসু হাযযু,
মচু থোকপা পোৎ চাম্মসু নীংউ,
মচু থোকপা পোৎ চাম্মসু শকক যাও,
মচু থোকপা যাওশং অমা ওইবসনু।

পুন্সিসে অমুক্তং চৎপা খোঙচৎনি,
ঙর্সিসিনা হযেংগী নীংশিংবা ওনখি,
অৱা নুংঙাই পূম্নমক থেংনবা ঙমউ,
মচু থোকপা যাউশঙ ওইবসনু।

যাইফ পাউজেল

# নহাক্কী অৱাবা হূমদোকখ্রসনু

নমিৎ অনীদু চেৎনা উইশিল্লু,
অদুগা থম্মোযদা নীংশিংবা মযামদু থমজিল্লু,
পুন্সিগী ফজবা মযামদু খল্লু,
অদুগা নুংঙাইবা মঙলানগীদমক কৎথোকউ।
যাইফ নুংঙাইবা অহিং অমা ওইবীযু,
গুদ নাইত হাযবগা নোংমদো লোইবা নত্তে,
মদুদি তুমদ্রিঙৈদা নঙবু নীংশিংবগী ৱাতনি,
নহাকপু চেকশিন্না নীংজবি হাযবা তাকপনি।
গ্রিতিং থাবকপদা পাউজেলদু তার্বাদি ফংলোই,
মোমোন মিনোক্তুদি মদুদা উবা ফংলোই,
অদুবু মদুনা নহাকপু নীংশিংজবদুদি খঙগনি,
মদু মহাক্কী থম্মোযদগী শেংনা থোবকপর্দুনি।
তুম্নবা মৈ মুথৎপদা মসিমতং নীংশিংবীযু,
মদুদি মঙ নুংঙাইনবা পাউজেল পীবক্নি,
ঐনা নঙোন্দা অফবা অহাংগী
যাইফ পাউজেল পীহৌদনা কবম্না তূমগনি।
মৈ যাওদনা মোমবতিনা ঙান্দে,
নুংথিল নত্তনা নুমিৎনা ঙান্দে,
অহিং নত্তনা থানা ঙান্দে,
নঙ যাওদনা ঐ ঙান্দে।
ঙসিগী নুংশিববা নুমিদাংগী মতমসিদা
ঐনা থাগী মফমদা খুকুমজবি,
নহাকপু অহীং চুপ্পা ঙাকপী শেন্বীসনু,
মালংবনা নহাক্কী অৱাবা হূমদোকখ্রসনু।

# মসিবু লাই খুরুম্বা কৌই

নহাক্কী থবাব পেন্নবা মসি তৌবীযু,
মসি ফমুং অমদা হেক্তা তৌবা যাই,
মসি সোফা অমদা হেক্তা তৌবা যাই,
কাব মনুং অমদা হেক্তা তৌবা যাই।
নৎত্রগা মফম অমদা হেক্তা তৌবীয়ু
মসিবু মযাম্না লাই খুরুম্বা কৌই,
নহাক্কী লমহেল্লবা পৃক্কীংবু লাকশিন্নবা
নহাক্কী অনীংবদুবু লাইনা থৌজানবীসনু।
নঙনা পাম্লিবদু ফংবনা লাইবক্লি,
নঙনা পাম্লিবদু ঙাইবনা মতম্নি,
নঙনা পাম্লিবদু ফংনবা হোৎনবনা নথৌনি,
অতোপ্পগী অপাম্বগা যাশিন্নবদুনা পুন্সিনি।
নহাক্কী থোঙনাওদা কোবৌগী মঙালনা ঙানসনু,
নোং তাবা লোইখিবগা চুমথাংনা মতুং ইল্লকসনু,
মরূপকী খুৎতুনা মতমচুপ্পদা ননাক্তা লৈসনু,
নহাক্কী থম্মোযদু হবাও নুংঙাইবনা থলহনবীসনু।
ইমুং মনুংগী মীশিং অদুগী মাযথোঙদো
লোইনা উবা ঙম্বা মিত্রংগী মিংশেলনি,
হৌখ্রবা হৌজিক ওইবিবা অমদি তুংদা লাক্কদবা
ইমুংদুগী মমি পূম্নমক মদুদা উবা ঙম্মনি।
মালংপান অসে অহাঙবা মাল্লবসু হাঙবা নত্তে,
লোইনাইদনা চেকশিনবীবিবা অখন্নবা মীশিংনা থন্না লৈ,
ঐগী অহাঙবদা নঙনা লৈবীবগীদমক থাগৎচবি,
পম্নমকসে নীংশিংবা যাওদ্রবদি মপূং ফাদে।

যাইফ পাউজেল

# নহাকপু চেকশিন্না শেন্নরি

মাযপাকপনা নঙবু খোযথুম্নহল্লি,
অৱাবনা নঙবু মীওইবা ওইহল্লি,
মাযথীবনা নঙবু নোল্লুকহল্লি,
নোল্লুকপনা নঙবু মঙাল ফৃদোংনহল্লি।
মপূনা থৌজানবীববা পুন্সি অমা ওইবসনু,
নোংদম্বনা খূজিল থৌবাং পাযখৎপদা
নহাক্কী থৌবাংবুদি ওন্ন তৈনহনখিবা যাই,
মদুনা  নোংদম্বগী থৌবাংদুদি মপূং ফাখিগনি।
অদবু নহাক্কী খূজিল থৌবাং ওন্নথ্রবসু
নহাক্তদি মথক মখা ওস্লোক্কনু মপূদা থাজবা থম্মু,
চেকশিন্না শেন্নবদি ৱাহৈদা নত্তে থম্মোযদনি,
শাউবা হাযবসিনা ৱাহৈদখক্তং ওইগদবনি।
শাউবা হাযবসি থম্মোযদা থক ওইবোইদবনি,
লাঙতক্রবনা ঙবাংগী অৱাবা হম্থহনবা নত্তে,
তৌইগুম্বসুং মদুনা ঙসিগী পাঙ্গল ওইনবখক্তনি,
অদুনা ৱাগনু অতোপ্পবুসু নুংঙাইহল্লু।
পুন্সি হাযবসি নহাক্লা হিংলিবা মহিংদুনি,
মসি নহাক্কী থম্মোযগুম ফবদুনি,
মসি নহাক্কী মিনোক্লুম মঙাল নাইবদুনি,
মসি নহাক্কী নমঙগুম অঙকপদুনি।
ঐগী হকচাংগী ঈদি মমল তাঙদে,
অদুবু ঐগী থম্মোযদি মমল তাঙই,
মবমদি মসি নহাক্লা পীক থল্লি,
মসিনা নহাকপু চেকশিন্না শেন্নবি।

যাইফ পাউজেল

# মোমবর্তিনা মশাবু চাকহল্লগা মণ্ডাল পী

মোমবর্তিনা মশাবু মৈ চাকহল্লি,
অদুগা অতোপ্পদা মণ্ডাল পী,
মোমবর্তিগী পান্দম লৌ,
অদুগা অতোপ্পদা মণ্ডাল পীয়ু ।
কনাগুম্বা অমনা মিৎতাঙবা অমদা
মচুগী মশক ফজনা তাকপা ঙম্লবদি
মহাক অদুনা পুন্সিগী মশক মচুদুসু
অতোপ্পদা ফজনা তাকপা ঙমগনি ।
মপূং ফাবা পুন্সি অমা ওইহন্নবা
পোৎ মঙাখক মাঙহল্লোইদবনি,
নহাক্না কাউদনবা মখাদা পীবি,
নহাক্কী লমচৎ মাঙহল্লোইদবনি ।
নশাগী ইকাযখুম্নবা মাঙহল্লোইদর্বনি,
অনীংবা পান্দম মাঙহল্লোইদবনি,
থম্মোয মাঙহল্লোইদবনি, অদুদগীদি কবি ?
হা হা হা ! নহাক্না ঐগী মিং খঙইদনা।
অফবা মবীদি অচৌবা উপালগুম্বনি,
পীক্লঙৈর্দদি চেকশিন্না শেন্নবীবা মথৌ তাই,
তৌইগুম্বসুং অমুখক্তংবু মপূং ফাগ্নবদি
ৱাববা মতমদা অচৌবা মতেঙ পীবক্কনি।
পুন্সিসে জুৱাব শান্নবগুম্বনি,
অচুম্বা চেনা খনবা হাযবসে
ঐখোযগী খুত্তা লৈতে,
যাম্না হৈনা শান্নববদি মায পাক্কনি।

যাইফ পাউজেল

# লোইনাইদবা পান্দম ফংগনি

অনৌবা কোবৌ অমনা ঙাল্লকপসিদা,
অনৌবা পাউজেল অমা পীজবি,
নহাক্কী পুক্নিংগী অৱাবা নুংঙাইতবা
পি শীন্থবা পুন্নমক কাউথোকখ্রসনু।
নহাকপু উন্নবা পামজবা কনাগুম্বা অমনা
অনৌবা পাউজেল অসি পীজবি,
থৱান্মিচাকশিংনা নঙবু লমজিংবীবসনু,
মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইনা লৈবীয়ু।
ঙবাং নুমিদাংদো ঐঙোন্দা লাইনা
অপাম্বা ২গী মনুংদা অমা খল্লু হাযবম্দা,
অহানবদা নঙগুম্বা মরূপ অমা লৈবা,
অনীশুবদা ফজনা নীংশিংবা ঙম্বা অসিনি।
ঐনা কবি খনখিবনো নীংশিংবা ঙমদ্রে,
মবমদি ঐনা অনীশুবগীসি খলহৌদ্রে
নহাক্না গুলাপ ওইববদি খোৎ নৌবে,
নহাক্না ঐগী মরূপ ওইববদি নবাইবক ফবে।
তুংহন্না যেংউ অদুগা মপূবু থাগৎলু,
মাঙলোমদা যেংউ অদুগা মপূবু থাজৌ,
কোযনা যেংউ অদুগা মপূবু যৌগল তৌজৌ,
থম্মোযনুংদা যেংউ অদুগা মপূবু ফংগনি।
নহাক মীগী মচৎনা লমজিংলবদি
অবোইবদা নীংবা কাযগনি,
তৌইগুম্বসুং লাইনা লমজিংলবদি
লোইনাইদবা পান্দম ফংগনি।

# ইশাদা অব্রাৎপা লৈহনগনু

ইশাদা লাযেংশঙ থমউ,
লাযনা তিন্না চণ্ডলোই,
ইশাদা ব্রাযেনশঙ থমউ,
অবাম্বা খক তৌনীংলোই।
মীদুনা মশাবু নুংশিজবগুম
অতোপ্পবুসু নুংশিবর্বাদ ক'যনবোই,
মীবু হুন্দুনা ভাঙবসি তৌকনু,
ইশাবু হুন্দুনা ভাঙহন্নবা ওই।
অতাবশিংনা ভাঙবীখো হাযবদুবু
ভাঙবা হৈবা ব্রাভাঙলোয কৌই,
অচাবশিংনা হাউই হাযবদুবু
খোংবা হৈবা বুজাবি কৌই।
ব্রানোম থুম্নোম্মগা চাবা মী
নোংমদি শোযদনা চোপ্পা নংগনি।
চাউথোকপদা খ্বাইদগী ফবদি
পূকচেল চাউথোকপনি,
চাউথোকপদা খ্বাইদগী ফত্তবদি
লিখৎপা পোঙবগী চাউথোকপদুনি।
খোংগী অমম্বা মনুংদা
মমল যাম্লবা হী যাই লোত্তুনা লৈবগুম
খুন্নাইগী মীকপ থোক্লবা ব্রাখলসু
অথোইবা মথৌনা লৈবা মীশক্তী
থম্মোই মনুংদা লোত্তুনা লৈ।

# অচম্বা পাউজেল'মনা মোমোন্নহল্লি

অচম্বা কাযনবা অমনা কপহল্লি,
অচম্বা ফাগি অমনা নোকহল্লি,
অচম্বা খুৎশোক্লবা অমনা নুংশিনহল্লি,
অচম্বা পাউজেল অমনা মোমোন্নহল্লি।

মালেমদা অঙকপা পুংবা খবা লৈ,
থম্মোযগা মিহুন হুনবগা পুংবানি,
ঈশৈ শকপগা ঈশৈগী তাম্বাগা পুংবানি,
ঐগী পাউজেলগা নহাক্কী মোমোন্নবগা পুংবানি।

হাই ! ঐ নও উন্নবা লাক্লি,
কোবৌ মঙালগী লম্বীদনি,
মালংবনা লিবি হুন্নিবা লম্বীদনি,
যাইফ নুংঙাইগী পান্দমদনি।

খ্বাইদগী ফজবা মঙদু ঙসি নঙোন্দা মঙলসনু,
খ্বাইদগী খোযথুম্নবা মীশক্তু নমঙদা লাক্লসনু,
অদুবু মসিনা নহাক্কী হৈনবী অমদি ওইহনগনু,
মবমদি ঐ ননাক্তা যাম্না তোযনা লাকপা ঙম্লোই।

মক্নপশিংসি লাইবিক্কী চেনা অমমমগুম্ন্নি,
চেনা খুদিংমক্তা যাওবিবা ব্রাবোল মান্নদে,
অথোইবা ব্রাবোলশিংনা মমাঙদা থমই,
অদোম্না ঐগী মমাঙথাবা চেনা ওইবে।

# লাইনা ৩ শুবা অম্পায়ার ওইরি

ঐনা ৫৪৩২১ বু পুন্সিদা যাম্না পামজৈ
মবমদি মখাদা পীবিবসিনি,
মশীং ৫ গী তলব অমা ফংবা,
চকা ৪ পানবা গাবী অমা লৈবা,
কা ৩ লৈবা যুমজাও অমা লৈবা,
মতীক চাবা ইচা ২ অমা পোকপা,
খোযথুম্নবা থম্মোয ১ লৈবা অসিনি।

ইমুং মনুং ফেমিলীগী ব্রাহন্দোক্তি
এফ হাযবদি ফাদব (ইপা),
এ হাযবদি এন্দ (অমসুং),
এম হাযবদি মাদব (ইমা),
আই হাযবদি আই (ঐ),
এল হাযবদি লভ (নুংশি),
বাই হাযবদি যু (নঙ, নখোয),
ইপা ইমা নখোযবু ঐনা নুংশি হাযবনি।

পুন্সিসে কৃকেট শান্নবগুম্বনি,
যাবিবমখৈ ব্রিকেত মাঙহনগনু,
সেপ্পুবি ফংনবা হোৎনৌ,
বাউন্দবি কাউথোকপা যাদে,
নঙনা মপান থোকত্নবা ফাওবদা,
নঙগী পৃক্লীং খক হন্নবা যাদে,
মবমদি লাইনা ৩ শুবা অম্পাযাব ওইবি।

যাইফ পাউজেল

# নীংশিংবসে খোয়থুম্নবনি

ঙসি লৈশাবী অমনা নহাক্কী মবমদা মুন্না হংখ্রবনি,
ঐনসু মঙোন্দা নঙগী মোবাইল নম্বব পীত্রবনি,
ঙাইবো মহাক শোযদনা ননাক্তা লাক্লগনি,
মহাক্কী মমিংদি "মোমোন নোকপা" কৌবনি।

ঐনা খল্লি মহাক হৌজিক ননাক্তা লাক্লে,
নহাক হৌজিক মোমোন নোক্লে নৎত্রা ?
অফবা নুমিৎ অমা ওইবীযু,
যাইফ পাউজেল পীজবি ।

ঐগী মোমোন মিনোক অমা,
ঐগী হবাও তযাম্না অমা,
ঐগী পুন্সি মবেল অমা,
ঐগী ইতেং পাংবীবা অমা,
ঐগী ইকাযখুম্নবা অমা,
ঐগী নাপন্নবা লমচৎ অমা,
পূম্নমক্সিনা পুন্সিল্লগা কবিগা মান্নে ?
নঙোন্দা পীবা পাউজেল অমগা মান্নে।

পুন্সিসি তেল্লি ! মসি হিংঙউ,
নুংশিবসে পীকই, নুংশিনৌ,
খুদোংথীবসে মিকুপকীনি, মসি মাযোক্নৌ,
নীংশিংবসে খোযথুম্নবনি, মসি লুনা তৌ।

# মচু শঙলবা লমায় ওইহল্লু

পুন্সিসে যাংলবা লশিং মফোলগুন্ননি,
লৃমথহন্দুনা অৱাবগী ঈশিংদা লৃপহনগনু,
যাংহন্দুনা নুংঙাইবগী নুংশিত্তা তাউহল্লু,
পুন্সিসে নুংঙাইবা পুন্সি অমা ওইহল্লু।

পুন্সিসে পুৱাবীগী লাইবিক অমগুন্ননি,
নুমিৎ খৃদীংগী অনৌবা চেনা অমমম হাপচিল্লবনি,
থিজিনবগী থৌনাফবা খোঙচৎ অমমম চৎলিবনি,
অনৌবা লৌশিং কয়া অমা তানশিল্লিবনি।

মালেমগী ওইবা লাইগী বেঙ্ক অসিদা
লাইনসু নঙগীদমক্তা একাউন্ত হাংলবনি,
মসিদা লাইনা নঙগীদমক্তা হাপচিন্নীববনি,
নহাক্না পুন্সি চূন্না শীজিন্নবা কোন্ননবা।

মখল খৃদিংমক্কী থৌজাল মযাম অমা,
শীজিন্ননীংবা শীজিন্নবদা অথিংবা লৈতে,
মদু লৌথোক্লগা শীজিন্নবগী নুংঙাইবদু লৌবীয়ু,
মদুগী ইন্দেক্স নম্ববদি লাই নীংবনি।

লাইনা যাম্না শিংনা খুজিল থৌবাং তৌবী,
মহাক্না নুমিৎ খৃদিংগী যাকাযবীদুনা হৌগৎহল্লি,
অফবা তৌখিবশিংদু ইশিন্দুনা থম্মূ,
নুমিৎ খৃদীংগী মচু শঙলবা লমায ওইহল্লু।

যাইফ পাউজ্রেল

# মদুনি অফবা পুন্সি হায়বদো

নহাক নশামক্কা নুংশিনজৌ,
নহাক মশক খঙনা নুংশিনজৌ,
মঙলানগা লোযননা নুংশিনজৌ,
থম্মোয শেংনা লোযনমিন্নজৌ।

মীশিংনা নহাকপু হন্দুনা ঙাঙলক্লবসু,
মখোযগা ওনশিন্নদুনা খক ঙাঙনরুগনু,
মবর্মদি শান্নবদা অযেংবশিংনতা লাঙবনি,
শান্নবোয অমত্তনা মদুম্না খক লাঙলোই।

নঙনা খ্বাইদগী ফৈ থম্বদু অদুম তৌ,
লাম্লে খঙলবদি অনীরক তৌরুনু,
নুমিৎ খুদিংগী অনৌবা হোংনবা হোৎনৌ,
মখল মথেল হাযবসি পুন্সিগী মথেলনি।

হৈনৌ পাম্বীদা কোমলা হেক্রবা কাকনু,
অনীংবা নৎত্রগা হৈ পাম্বীদু হোংদোকউ,
পুন্সিদা মাযথিবোই হাযববদি
মবম চুম্না থবক তৌগদবনি।

নাপল হাযবদো খাইনথোকখো,
নহাক্না তৌবীখিবা অফবশিং কাউথোকখ্রো,
অতোপ্পনা তৌবকপা ফত্তবশিং নীংশিংলুবনু,
মদুনি অফবা পুন্সি হাযবদো।

যাইফ পাউজেল

# পুন্সি হায়বসি খোঙচৎ অমনি

ঐখোয অঙাংগুম মঙ মঙবা ঙাক্তনি.
নুংশিবা হামবা পোৎশক্তবু লৈববদি
পোৎ পূন্নমক ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি,
পুন্সিসে অবেন্নদা হৌহনখিবদা ফজবসু লৈ।
ৱাবী শাবগী অশেংবা হৈ শিংবদুদি
অচুম্বা মতমদা অচুম্বা ৱা হাযবা ঙাক্তা নত্তে,
অদুগা অবানবা ময়াম অমসু হাযদনা
মিকুপ্তুদা যাম্না হৈনা শিংনা ৱাবী শাবা মথৌ তাই।
অদুমকপু তশেংনা হেক হাযবা তাববদি
নুংশিনবদা শাউনদনা হাযনবা অমা চঙই,
মীওইবনা অফবা হাযবদু লৌনবা হোৎনৈ,
নুংঙাইববা মতমদা ফত্তবা মিনোক নোকই।
ওইবিবা ফিভম খৃদিংমক অদু
তুমিন লৈবনা শন্দোক্লা খঙহনবা ঙম্লোই,
কবিগুম্বদা ৱাহৈনা ফজনা ফোঙদোক্লনা
ওইবিবা ফিভমদু খঙহনবা মথৌ তাই।
ঐখোযনা যৌনা ফনবিঙৈ পাঙ্গল লৈ,
ঐখোযনা হবাউনবিঙৈ পূনশিন্নবা লৈ,
ঐখোযনা শরুক যামিন্নবিঙৈ নুংশিনবা লৈ,
ঐখোযনা চেকশিন্নবিঙৈ অফবা মবী লৈ।
ফংলিবদু নুংশিযু অদুগা অবৈবদু নীংশিংউ,
খুদোংথিবসে মেপকা লোযননা লাকপা নত্তে,
পম্বুং যৌগে হাযববদি লনাইগী লম্বী থিবা তাই
পুন্সি হাযবসি অচৌবা খোঙচৎ অমনি।

যাইফ পাউজেল

# হোৎনৌ অদুগা ওইথোকহল্লু

লাইবক্লা অফবা থবক খবা তৌনবা শীল্লক্লবা,
অদুদগীদি খুদোংথীবা অমদি হৌবক্লগনি,
যাম্না ঙকপা থবক খবা তৌনবা হোৎনবক্লবা
অদুদগীদি ওইথোক্লোইদবা অমদি হৌবক্লনি।
নঙনা অনৌবা থবক খবা হৌদোবক্লবা
অহানবদা মীযাম্না নঙোন্দা নোকশিল্লক্কনি,
অদুদগী মখোযগা নঙগা শীংনগনি,
অদুদগী মখোযনা নঙ মায পাকপবা যেংগনি।
অদুদগীদি মখোযনা নঙগুম তৌজবন্নবদি খল্লক্কনি,
অদুনা নঙগী মঙলানদু মঙফাওনহল্লু,
ফবিবমখৈ অওনবা হাযবদো ওইবক্লোই,
হেন্না ফগৎহনগে হাযবা মতমদতা ওইবকই।
অচুম্বা ঙাঙবনা চীনবানগীনি,
মিনুংশি পোকহনবনা মীৎকিনি,
মতেঙ পাংবগী থবক্লা খূৎকিনি,
লম চৎপগী থবক্লা খোঙগীনি।
মোমোন নোকপনা মাযথোঙগীনি,
নুংশিবগী থবক তৌবনা থম্মোযগীনি,
নঙনা পম্নমকসে ফজনা উবে,
অদুনা পুন্সিসে খ্বাইদগী ফজহল্লো।
মথং তাবনা হায, ''মসি ওইথোক্কনি অদুবু অকবনি।''
মকোক তাবনা হায, ''মসি অকবনি অদুবু ওইথোকই।''
অদুনা মসি ওইথোক্লোই হাযবা ৱাহৈসি খক হাযগনু,
চৎলু কন্না হোৎনৌ অদুগা ওইথোকহল্লু।

# নীংশিংহৌনবগীদমক কায়নৈ

মীশিংসে মশাগী নুংঙাইবদুতনা হেন্না মন্ধ ওইনৈ,
মদুনা অতোপ্পদা নুংঙাইহন্দ্রিবদুদি মখোযনা খঙদে।
নহাক্লা লান্দে চুমই হাযবদুতা ইচম চম্না উৎলু,
অদুগা মখোয লাল্লি হাযবদুদি উৎনবা খক হোৎনকনু।
হোয নৎত্রগা যাদে হাযবা ৱাহৈশিংসি
ৱাখল যাম্না খন্থহনবা ৱাহৈ ঙাক্তনি,
পুন্সিদা থেংনবিবা খুদোংথীবা পুন্নমক
মসিদগী ওইবকপা মবম ঙাক্তনি।
মদুদি হাথু হাথুনা হোয হাযদোক্লুবা
নৎত্রগা যাম্না কোন্না যাদে খুন্থবা,
অদুনা হোয নৎত্রগা যাদে হাযদ্রিঙৈগা
তিন যোৎথবগা যাম্না মুন্না খন্থহৌগদবনি।
পুন্সিবু কন্ননবা পুন্সিদা তৌগদবা মবম ৩ লৈ,
মদুদি নঙনা হবাওবিঙৈদা খক ৱাশক্কনু,
নঙনা ৱাবীঙৈদা মীঙোন্দা ৱাবী খক শাগনু,
নঙনা শাওনীংলিঙৈদা ৱাবেপ খক লৌগনু।
অশোযবা অবানবনা চৈনা ফাওহল্লি,
অদুবু অশোযবশিংদু খঙজিল্লবা মতুংদদি
যাম্না খঙ হৈববা মীশক অমা ওইবকই,
মদুনা ঐখোযবু মায পাকপদা লমজিংই,
অদুনা শোযখিবা লানখিবদা পাখৎকনু।
উন্নবা কাযনবা হাযবসি পুন্সিগী মনাৎনি,
অদুগা কাযনবগা উন্নবা হাযবসিনা নীংজবনি,
ঐখোযনা নীংশিংবা পোকহন্নবা উন্নৈ,
অদুগা নীংশিংহৌনবগীদমক কাযনৈ।

যাইফ পাউজেল

# পূন্সিবু য়াম্না হন্থনা খনগনু

মপা চানকদুনা মীনা মীগা উন্নকই,
মখোযনা নুংঙাইনা মতম লেনমিন্নে,
অদুদগী ঈশ্বরনা মখোযবু কাযনহল্লি,
মসিদা পুন্সিগী ৱাবীসে লোইবা নৎত্রি।
তৌইগুম্বসুং খন্থদুনা যেংবদা উগনি
মখোয মশেন কযাদা নীংনবিবা,
মায পাকখিবগী ৱাবী ঙাকতসু পাগনু,
মাযথীবা খুদোংথীবা নংখিবগী ৱাবীনা মপূংদা পাউ।
মরমদি হোৎনরুবগা মাযথীখিবগী ৱাবীনা
পুন্সিদা কবন্না মায পাক্কনি হাযবা তাকই,
মায পাকপগী ৱাবীদগীদি পাউজেলখক্তং ফংই,
মায পাক্লগা হেক্তা হোৎনবা লেপকদবা নত্তে।
মতমচুপ্পদা মায পাক্কনা অদুম লৈগদবসু নত্তে,
মাযথীবদুসু মতমচুপ্পগী অদুম লৈগদবা নত্তে,
অদুনা মায পাক্লগসু হোৎনবা অদুম লেপকনু,
মায পাক্কগসু হোৎনবা অদুম লেপকনু।
লাইনা নঙবু চীংদোম্দা লমজিংলবসু মাবু থাজৌ,
নঙনা চীংদোম্দদগী ওস্থবগনা মানা ওকপীগনি,
নৎত্রগনা মানা নঙবু পাইবা তম্বীগনি,
মদুগীসু মথক্তা নহাক্কীদমক্তা ঐ লৈবিবসিদি।
নহাক্কী পুন্সিনা কবিগুম্বদা লৈখা তাবা হৌবক্লবদি
নহাক্তা থাজজবগী ৱাংমদা নথৌনা লৈ নীংশিংউ,
নহাক্তা খঞ্জবগী ৱাংমদা নপাঙ্গল কল্লি খল্লু,
পূন্সিবু যাম্না হন্থনা খনগনু।

# মরূপ্পদি নুংশিবা পীবা ঙমই

কবিগুম্বদা ঐগী মরূপ্পা অবানবা তৌববসু
ঐনা ঐগী মরূপ্পদি খক শাউনীংদে,
মবমদি মালেমদা লৈবিবা পূম্নমক
ঐগুম্না মপূং ফাদে খল্লগা খাঙবা ঙমই।
ঐনা পোৎ পূম্নমকপু লৈবা ঙমই,
অদবু নুংশিববুদি লৈবা ঙমদে,
ঐনা মোমোন নোকশিন্নবদি ঙমই,
অদুবু তশেংনা নুংঙাইবনি ঙমদে।
অতোপ্পদদি ওইদবা হাযজিনবা ঙমই,
অদুবু নঙোন্দদি হাযজিনবা ঙমদে,
ঐগী ইর্চাল ইনাও মযাম লৈর্বদি যাই,
অদুবু নঙগুম খোযথুম্নবদি ঙমদে।
মরূপ ওইবগী নুংশিনবা মবীবু
মশা ফনা থমগে হাযববদি
মখাগী লাযেংশিংসি চত্থগদবনি,
থাজবগী ইঞ্জেক্সন অমা কাপশিনবা,
চেকশীনবগী গুলী অমা পীজবা,
পূক্লীং চঙবগী মহী অমা পীথকপা,
ব্রাখল মান্নবগী ড্রিপ অমা যানশিনবা,
মদুতদা মরূপ ওইবগী মবী ফনা থম্বা ঙমগনি।
ডাক্তব অমনা অনাবা অমা কনবা ঙমই,
উকিল অমনা মী অমগী পুন্সি ঙাকপা ঙমই,
লাম্মী অমনা লৈবাক্কী নীংতম্বা পুবকপা ঙমই,
অদুগা মরূপ্পদি ঐঙোন্দা নুংশিবা পীবা ঙমই।

যাইফ পাউজেল

# পুন্সি ফিদম

ঐখোযগী খুদোংচাদবদুতা খন্দুনা অসুম লৈববদি
অরাবদু শকক অনী হেনগৎলক্কনি,
ঐখোযনা অরাবদুদা থওইদনা নোকশিল্লবদি
অরাবদু কোঙ্গোল তাকপগুম তাকখিগনি।
মাযপাকপা হাযবসে নহাক্কী নমিগুর্ম্বনি,
নঙনা ফংগে তানবদো হেক্তো ফংগদবা নত্তে,
মদু খল্লুবনু নঙনা তৌগদবদু অদুম্মক ফজনা তৌ,
মাযপাকপা হাযবদুদি অদুম্মক ইন্নজবক্লগদবনি।
পুন্সিসে নুংঙাইনা লৈগে হাযববদি
লোযনবিবা মীগা মবী ফবা তাই,
তুংগী পুন্সি মঙাল নাইহনগো হাযবর্বদি
হৌপ্রবা পুন্সিনা ফিদম ওইবা তাই।
হৌখ্রবা খুদোংথীবা মযাম অদুনা
তুংগী পবা ওইবগা শেমগৎপা তাই,
কনাগুম্বনা নহাক্কী অশোযবা পুথোবক্লবদি
খঙজিল্লু মীশক্তুনা নঙোন্দা পূক্লীং চঙলে।
হৌখ্রবগী কপকনু, মোমোন নোকউ,
মিংচত্তগী লমচৎনা হেন্না মৰু ওই,
মবমদি মীদুগী লমচৎ হাযবসে মীদুর্মক্লি,
মী অদুমক্কী অফ ফত্ত মিংচৎ অদুমক্লি।
নিপামচানা বোল শান্নবা পামই,
নুপীমচানা লাইধিবী শান্নবা পামই,
পাখং ফাবক্লগদি লৈশাবীগা শান্ননীংলকই,
অদুগা লৈশাবীনসু পাখংগা শান্নবা পান্নকই।

যাইফ পাউজেল

# পীরিবসিদি পুন্সিচূপ্পগী শোয়দ্রবনি

ঐগী নঙোন্দা কবিসু খূদোল তম্লিংঙাই লৈজদে,
নুংশিবা হাযবসিতনি ঐনা পীবা ঙল্লিবা,
মসি ঐনা মীঙোন্দগী পূক্নবসু নত্তে,
অদুগা অতোপ্পদা শান্দোকপসু লৈতে।
ঐনা পীবিবসিদি পুন্সিচূপ্পগী শোযদ্রবনি,
খ্বাইদগী নুংঙাইবা পুন্সিদি ৱাত্তবা নত্তে,
থবক খূদিংমক লাযনা মযোক্নবা ঙম্বদুনি,
শার্উবিঙৈ মিকুপ্পুদা পুন্সিগী মবী থদৎকনু।
মীদুনা শিববা ফাওবদা নঙ খাঙবা ঙমগনি,
মতুংগী অহাঙবদুদি নঙ খাঙবা ৱাগনি,
মালেমদা লৈবিবা মযার্মসিদা মিনুংশি উৎপীযু,
লাইবৈবাক্তা লৈবা মহাক্নসু মিনুংশি উৎলক্কনি।
নুংঙাইবনা নঙবু মতমচুপ্পগী ওইনা কোযশিন্বীবা,
নুংশিবনা নঙবু মতমচুপ্পগী ওইনা হবাওহন্বীবা,
লাইনা নঙবু মতমচুপ্পগী ওইনা থৌজানবীবা,
মসিনি ঐনা মতমচুপ্পগী ওইনা খঞ্জবিবা।
পুন্সিসে তেল্লি চেকশিন্না শেন্নহৌগদবনি,
নৎত্রবদি মসি অবেম্বদা মাঙহন্নখিবা যাই,
থৌনা হাযবসি অকিবা লৈতবদু নত্তে,
কিববসু ঙমগে তাল্লিবা অচেৎপা ৱাখলদুনি।
খুদোংথিবা মতম্শিংনা ঐখোযদা কোযবকই,
মবমদি অকন্বদুনা ঐখোযবু চাংযেং তৌনীংবনি,
মসি খঙনা নহাক্তা পেন্দবা খক তৌবোইদবনি,
নশানা নশাবু থাজবা হাযবসি থমগদবনি।

যাইফ পাউজেল

# নুংশিবা হায়বসিমদি নুংশিরো

ষ্ট্দি হাযবসি কবিনো খঙজিল্লু,
এসনা সিত্তিং হাযবদি ফম্বা,
তিনা তোকিং হাযবদি ব্রাবী শাবা,
ইউনা অনলিমিতেদ ড্রিমিং (লোইনাইদনা মঙ মঙবা)
ব্রাইনা যাৱনিং (হকাম লাওনা চনবা) হাযবনি,
পূনসিল্লগা ফম্বা ব্রাবী শাবা লোইনাইদনা মঙ মঙবা,
অদুদগী হকাম লাওনা চনববু ষ্ট্দি কৌবা যাই,
অদুনা ষ্ট্দি তৌশিল্লু, অবেম্বদা মতম মাঙহনগনু।
অশেংবা নুংশিবদি খঙহন্দনা তুমিন্না লাকই,
মানা লাকপদা চে থেৎলগা লাকপসু নত্তে,
অদুবু ননাকোঙদুদা ঙংবগী মখোল তাববদি,
নাকোংগী ডাক্তব অমদা চৎলগা যেংথোকউ।
খ্বাইদগী পুকচেল পীকপা ব্রাহে
''ঐ'' হাযবসে লৌথোকখো,
অদুগা মযাম্মা যাম্মা পাম্নবা ব্রাহে
''ঐখোয'' হাযবসি শীজিন্নবো।
অদুগা মহূ চেল্লবা ব্রাহে,
''নাপল'' হাযবসিমদি তাম্থোকখ্রো,
অদুগা খ্বাইনা যাম্মা শীজিন্নবা ব্রাহে,
''নুংশিবা'' হাযবসিমদি নুংশিবো।
ঐখোয তাইবং মীওইবা হাযবসিগী পান্দমদি
ঐখোযগী হোৎনজমন মহৈদু ফংবথক নত্তে,
ঐখোযনা তৌজকবা থবক্তু পেনবীবদুনা
অতোপ্পনা ঐখোযগীদমক্তা লাই খুকম্বীবদুনি।

যাইফ পাউজেল

# শীংনবা ঙম্বা পুন্সি ওইযু

নঙগী পুন্সিদা থেংনবিবা খুদোংথিবদো
নঙবু মাঙহল্লগে লাকপা নত্তে,
নঙোঃদা লোৎশিন্দুনা লৈবিবা পাঙ্গলদো
খঙদোক্লবা মতেং পাংবা লাকপনি।
নুমিৎ খুদিংগী থোক্লীংবা থৌদোক থোকসনু,
কবিমত্তা চিংনকনু মোমোন নোক্লবা হোৎনৌ,
পুন্সিসে থেংনগদবা অকুবা থবক নত্তে,
মসিদি নুংঙাইনবা পীবকপা খুদোলনি।
ঈশ্বরদা অৱাবা কোকহনবীযু হাযনা নিগনু,
অৱাবদো মযোক্লবা ঙম্বা পাঙ্গন নিজৌ,
নপাঙ্গন্না ঙম্বা থবক্ত ঙমহনবীযু নিগনু,
নপাঙ্গন্না ঙমদবা থবক্ত ঙমহনবীযু নিজৌ।
নঙনা মীঙোন্দগী মতেং লৌনবা নিগনু,
নঙনা মীগী মতেং পাংবা ঙমবা নিজৌ,
মালেমদা ফাওখিবা মীপুম খূদিংমক
মতম্মদা তোল্লবা অঙাং ওইবম্বা ঙাক্তনি।
উবিবা অচৌবা ফূবা দলান মযাম অসিসু,
অযেকপা ব্লু প্রিন্ট ওইনা লৈবান্লবা ঙাক্তনি,
নঙসু মফম অসিদা ঙসিবুদি লৈবি,
হযেংদি কদাইদা থুংলুগদৌবিবনো খঙদে।
খুদোংথিবশিং অদুদা নঙনদুম খঙহল্ল,
মদুদি নঙনা হেন্না মখোযদগী খুদোং থি,
পুন্সিদা মাযপাকপা ঙম্বা মী ওইবীযু,
শীংনবা ঙম্বা পুন্সি হাযবদু ওইযু।

**যাইফ পাউজেল**

# হয়েংগী ফজরবা ব্রারী অমা শেম্লনবা

অশেংবা মৰুপ হাযবসিদি কনাগুম্বা অমনি,
চুম্না মহাক্কী মখুত্তুদং হেক শোক্রবদা
থম্মোয যৌনা হেক্তা শোকপা ঙমই,
থম্মোযনা থম্মোযদা চেৎনা কোঞ্জবা ঙমই।
মৰুপশিংসে থব্রানমিচাক্কুম্বনি,
ঐহাক্না মখোযবু উবা ফংদবদি যাই,
অদুবু মখোয লৈবদি অদুম লৈ,
মমদুনা লম্বী উবক্ত্রবদা মখোয থোবক্কনি।
থম্মোযসে হীবাগুম্বনি নুংশিবা থম্মু,
নুংশিবসে মনমগুম্বনি মসি শংদোকাশ,
পূক্লীংগী ঈহুলসে ঈচাওগুম্বনি পাখোকহন্সি,
মৰুপ ওইববদি ছাতিন অমদা তূপমিন্নসি।
অথুম্বা পূং ২৪ না অথুম্বা নোংমা শাই,
অথুম্বা নুমিৎ ৩০ নিনা অথুম্বা থা অমা শাই,
তৌইগুম্বসুং অথুম্বা মৰুপ অমনদি
পুন্সিচুপ্পা অসিমা অদুম থুমদুনা লৈহল্লি।
মৰুপ্তু অনৌবা ওইবগনা হেন্না খোযথুম্লে,
মৰুপ্তু অশেংবা ওইবগনা হেন্না খোযথুম্লে,
তৌইগুম্বসুং মসিমদি কবিনো খঙলববা ?
নহাক ওইববদি অমুক্কা হেন্না খোযথুম্লে।
পুন্সি হাযবসি চিংখৎ চিংথ যাবা পোৎ নত্তে,
মসিদি মথন্তগী ওইবা খোঙচৎতা চৎচবনি,
অদুনা ঙসি হেন্না খুদোংচাবা লৌনীংগনু,
হযেংগী ফজববা ব্রাবী অমা শেম্লনবা।

# ঐনদি নঙবু খন্দুনা পূং ২৪ লৈথোকই

নঙগী নমিং পনবদা ঐগী পি লোৎশিনবা ঙমদে,
ঐগী থম্মোয়নুংদা চৈনাদুদি লেঙদনা অদুম লৈ,
ঐনা নোকপা উবদা নঙবু নীংদ্রবোই খল্লমগনি,
নঙ উদ্রগা ব্রাবদুদি ঐঙোন্দগী হেনবা লৈবল্লোই।
মোমোন নোকপদা নোংথাঙ কৃপ্পগুম ঙাল্লি,
মদুনা মীগী মকোক শাবা ঈংহনবা ঙমই,
থম্মোয়বুনা ফোঙ ফোঙ শাহনবা ঙমই,
অদুনা নুমিৎ খুদিংগী মোমোন নোকউ।
পৃথিবীগী খোঙৎসু লেপখিবা যাই,
উচেকশিংনা পাইবা তোকখিবসু যাই,
থম্মোয়গী মিহুল চোংবা লেপখিবসু যাই,
অদুবু নত্তাক্তি নথৌ তৌবা লেপ্পা যাদে।
ঐনা নঙগী নুংশিববা কোলোয় মিংলেনসে
শোম্থাংননা হায়খিবগুম্বা অমা তাখি,
ঐনা মায় লৈথোবক্লগা কোয়েং য়েংই,
অদুবু লৈবিবসিদি ঐ ইতোম্মতনি।
অদুদগীদি ঐনা তশেংনা খঙলক্লে মদুদি
ঐগী থম্মোয়না ঐঙোন্দা হায়বকপনি,
ইবান্নী পূনমিন্নবমদ্রবদি মতম পূম্নগী ওইনা
নঙ উদবগী অব্রাবসে ঐঙোন্দা লৈবল্লোই।
মপূনা ঐখোয়দা নোংমগী পূং ২৪ পী,
থবক শুনবা পূং ৮, তূম্নবা পূং ৮,
ইমুং নমুংগা লৈমিন্ননবা পূং ৮,
অদুগা ঐনদি নঙবু খন্দুনা পূং ২৪ লৈথোকই।

যাইফ পাউজেল

# মসিমদি ঐনা সুকঙম ঙম্লরোই

নহাক্না ঐগী চীম্বালদা
মোমোন মিনোক ওইনা লাকই,
মদুনা ঐগী চীম্বালদা লেঙদনা লৈখি,
ইবান্নী পূনমিন্নখিবা অঙকপা মতমদুনা।
ঐঙোন্দা পবা অর্মদি তম্বীখি,
কবম্না নহাক যাউদনা ঐনা
ইথন্তা লৈবা ঙমগদগে হাযবদু,
ঐনা নঙবু উবা ফংদবা কুইবে।
হন্দক্কী থাসিদি কেক অমদি মোমবর্তিগী থানি,
অঙিংবা ঈশৈ নোংমাইনা নুংঙাইহল্লো
ফজনা লৈতেংদুনা থৌবম পাঙথোক্লো,
হবাও তযাম নুংশিননা নোকমিন্নবশি।
নঙনা ঐবু চেকশিন্না শেন্নবীবদা
ঐনসু নঙবু শেন্নজৈ,
নঙনা ঐগীদমক ব্রাবীবদা
ঐনসু নঙগীদমক ব্রাজৈ।
নঙনা ঐবু পাম্বীবদা
ঐনসু নঙবু পামজৈ,
নঙনা ঐবু নুংশিনা কোনবীবদা
ঐনসু নঙবু কোনজৈ।
নঙনা ঐবু কাউথোকপা
মদুগীদি চানবা ব্রাহৈ লৈববোই,
মবর্মদি ঐনা নঙবু কাউথোকপা
মসিমদি ঐনা সুকঙম ঙম্লবোই।

# নঙবু করম্না কাউবা ঙমগনি ?

মীওইবা হিংই, মীওইবা শি,
মীওইবা নোকই, মীওইবা কপ্পী,
মীওই খবনা পীথোক্কনি,
মীওই খবনা লৌশিনগনি।

মীওই খবনা হোৎনগনি,
মীওই খবনা হোৎনবোই,
মীওই খবনা হাযগনি ''হাই !''
মীওই খবনা হাযগনি ''বাই !''

ঐগী থম্মোযনা মিহুল হুম্বা খূদিং
ঐগী মিৎসিনা কূপ্পা খূদিং,
নঙ অমা ইৱাৎ ৱাৎলি,
ঐনা নঙবু উদবা কুইবে।

ঐনা তুং হন্না লৈদুনা যেংই,
ঐনা নহাকপু উই হাযনা খল্লি,
ঐনা লাঙতক্কনা না থাঙ্গৎতুনা তায,
মবমদি ঐনা তাবিবদু নহাক্কি খল্লি।

অদুবু নহাক লৈবদি নত্তে,
ঐনা খঙলকপদা পূম্নমক ৱাখল ওইবমই,
মীওই খবনা নঙবু কাউথোকখিগনি,
অদুবু ঐনদি নঙবু কবম্না কাউবা ঙমগনি ?

যাইফ পাউজেল

# থম্মোয়দগী থোরকপনি

অযুক পৃম্নমক ফজনা মচু শঙলগা যেক্লবা লাইগুম্রে,
নহাক্না চৎথোক্লীংনবা পূক্লীং যৌগৎপা মথৌ তাই,
কনাগুম্বা মীশক অমদগী পাউজেল অমা মথৌ তাই,
মদু ঐনা নঙোন্দা পীজবিবা পাউজেলসিনি।
মপূনা নঙোন্দা চৎননবা খোঙ অনী পীবীবে,
থবক শুননবা কান্নববা খূৎ অনী পীবীবে,
তাননবা নাকোং অনী, উননবা মী অনী পীবীবে,
অদুগা কবিগীনো থম্মোযদি অমখক্তা পীবল্লিবা ?
ঐনা মপূদা তুমিন্না হংজকুবদা খঙবা ঙম্লে,
মদুদি থম্মোয অমদুদি কনাগুম্বা অমদা পীথোকখ্রে,
মদুগী মবমদি নঙবু নশামক্লুম নীংবীনবনি,
মদুগী থম্মোযদুনি ঐঙোন্দা পাল্লিবসে।
ঐনা নঙবু হাযনীংঙাই লৈতনা থাগৎচবি
মবমদি ঐহাক্না হাযবদা নহাক্না তাবী,
নহাক্না ঐবু কনানো হাযদুনা যেংবী,
পুন্সিদা নঙবু নুমিৎ খূদিং থাগৎতুনা লৈগনি।
মসিদি হাযগদবা নত্তে, থবক্লা উৎকদবনি,
মসিদি পীগদবা নত্তে থাখিগদবনি,
মবর্মদি নঙসে লাইনা পীবীবকপা
খ্বাইদগী অথোইবা খূদোলদুনি।
থম্মোযবু ফোঙ ফোঙ শাহনবা ঙম্বা
নুংশিববা 'হল্লো!' হাযবা ৱাহৈদো
চীন্বালদগীখক থোবকপা নত্তে,
ফোঙ ফোঙ শাবা থম্মোযদগী থোবকপনি।

# মৈগী কুম্মৈগী য়াইফ পাউজেল

মৈগী কুম্মৈনা নুংঙাইবা পূম্নমক পুবীবক্লসনু,
তবাম্মা ওকপনা থৌবমদুগী শকক অমা ওইবসনু,
নহাক্কী পুন্সিদো নুংঙাই যাইফবনা থল্লসনু,
অমদি মঙাল নাইবা লমচৎনা মপূং ফাবসনু।
চহীচুপ্পা ইনাক কৈবাক খুনবা পীনবীবসনু,
নুংঙাই যাইফনা পানবা হায়বদু ওইবসনু,
মৈগী কুম্মৈনা ব্রাখলগী অমম্বা কোকহল্লসনু,
মৈগী কুম্মৈগী মৈঙালসিনা লাইবক ফবা পুবক্লসনু।
নুংঙাই যাইফনা মবাং কায়না হিংবা ওইবসনু,
মবমদি মৈগী কুম্মৈগী অখন্নবা চেবাউ থুংলবে,
খ্বাইদগী যাইফবা ওইনবা পাউজেলগা লোয়নননা
নুংঙাইববা মৈগী কুম্মৈগী যাইফ পাউজেল পীজবি।
চাক্লিবা মোমবর্তিশিংনা মন্নি মন্নি ঙাল্লি,
নুংঙাইববা ঈশৈশিংনা খোম্বাং যৈনা শক্লি,
মসিনা নহাক্কী পুন্সি নুংঙাইবনা থলহল্লসনু,
অদুগা অপেনবনা নহাক্কী পুন্সি মেনর্শিল্লসনু।
নুংঙাইবনা থম্মোয়বু শৌদোকহনবা ঙল্লসনু,
নুংশিবনা পীবা নুংশি খূদোলনি খন্না লৌবীয়ু,
থব্রাম্মিচাকশিংনা মঙাল ফৃদোংনবিবা অহীংসিদা
নহাক্লা মঙজবিবা মঙলানশিংদু মঙফাওনবসনু।
কবিগুম্বা খবনা মশক খোক্লা তবাম্মা ওক্লগনি,
পোৎ খৃদিংমক অখন্ননা মঙাল ফৃদোংনবগনি,
থম্মোয়সে হবাও নুংঙাইবনা পীক থলহল্লগনি,
নুংঙাই যাইফববা মৈগী কুম্মৈ অমা ওইবসনু।

# নপোক নুমিৎকী য়াইফ পাউজেল–১

ঐনা খঙবদা ঙসিসে নহাক্কী নপোক নুমিৎনি,
নহাক্না ঐবু অচৌবা হোত্তেলদা পীজ পীথক তৌগনি,
ইবান্নী শক্কা শক্কা উন্নবগা মফমদুদা ৱাবী শানগনি,
মবমদি পাউজেলখক্কদি পুন্নমক ফোঙদোকপা ঙম্লবোই।
নহাক্কী নুমিৎ খুদিংমক নীংশিংবনা মেনশিল্লসনু,
ফজবা মনম নুংশিবা লৈশিংনা নথক্তা চাইথবল্লসনু,
নুংঙাইববা পুংজাশিংনা নঙগী পুন্সি থললহল্লসনু,
নঙগী নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল পীজবি।
খবনা নোংমাইজিং নুমিৎপু পামই,
খবনা নিংথৌকাবা নুমিৎপু পামই,
অদুবু ঐনদি নহাক্কী নপোক নুমিৎপু পামই,
নপোক নুমিৎসিদা যাইফ পাউজেল পীজবি।
ঐনা হবাও তযাম্না ৱাখল পীজবি,
অদুনা অঙকপা নুংঙাইবা অমা ওইবগনি,
নহাক্কসু ঐঙোন্দা যাইফ পাউজেল হেক হেক পী,
ঐনসু নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল পীজবি।
নহাক্কী নপোক নুমিৎ যৌবকপসিনা
চহীসিগী নুংঙাইবা, নীংশিংবা হৌবসনু,
নুংঙাইবা মঙলানশিংনা নঙগী থম্মোযদা
অঙকপা অপেনবা মিকুপশিং ওইবসনু।
থম্মোযনা খঙবা নঙবু ঐনা যাম্না নুংশিজে,
শুপ্নগী মপোক নুমিৎ অমনা পুবকপা ঙম্না
নুংঙাইববা ফাগী জুগাই মযামদো
ঐনা নহাক্কী নফমদা অপাম্না থমজবি।

# নপোক নুমিৎকী য়াইফ পাউজেল–২

ফজববা ফিবাল চে মযাম লৈতেংলে,
মচু মচুগী বেলুনশিং পাইহল্লে,
মনম নুংশিববা লৈশিং শাৎহল্লে,
অঙক অঙকপা মীওইশিং তিল্লবে।
কযাদা ফজনা পাঙথোক্লিবা !
কবন্নবু শীংথাগনি নুমিৎসে ?
হবাও তযান্না নোক খেবা মবক্তুদা,
নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল পীজবি,
কনাগুম্না নুংশিজবা অমগী মফমদা
কনাগুম্না নুংশিজবা মীশক অমনা
মোমোন নোক্লবে মঙাল থোকহন্নবা,
নুমিৎসিবু মচু মমেন থোক্লা ফজহন্নবা।
নঙোন্দা ঐনা পান্দম মযাম অমা তৌজবি,
মদুদি নহাক মুগাগুম থোৎনা ফজসনু,
শঙ্গোমগুম ঙৌনা কুচু পাল্লসনু,
খোইহীগুম মহাও খোযথুম্নবসনু।
ঐনা খঞ্জবদা নহাক হবাও তযান্নি,
নুংঙাইবা পুন্সি অমা লেল্লি,
কোবৌ মঙাল ফজনা ফংলি,
মরূপ ওইবগী নুংশি মবী ফবি।
অদুগা নবেপ থুম্না পৈশানা পৈবসনু,
নঙগী নমঙদো মঙফাওনবা ওইবসনু,
অখন্নবা নপোক নুমিৎ অসিগীদমক্তা,
ঐনা যাইফ পাউজেল পীজবি।

# নপোক নুমিৎকী য়াইফ পাউজেল–৩

কনাগুম্বা অমনা নঙবু যাম্না পামজৈ,
মসি খঙবদা ফজবা ঈথিল অমা ওইগনি,
কনাগুম্বা অমনা নঙবু যাম্না খঞ্জে,
কনাগুম্বা অমনা নঙবু যাম্না মথৌ তাই।
অদুবু মসি খঙলগনা হেন্না নুংঙাইগনি,
মদুদি কনাগুম্বা অমনা কাউবা সুকঙম ঙমদ্রে,
নহাক্কী নপোক নুমিৎপু অদুম নীংশিংদুনা লৈবে,
নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল পীজবি।
অহীংদা মেঙনা থোক্লিবা থরাম্মিচাকশিংনা
পুবক্লসনু নঙগীদমক নুংশিনবা অমদি নুংঙাইবা,
মপোক নুমিৎ খ্বাইদগী ফবা নুমিৎ অমনি,
কোবৌনা থোবকপদা অনৌবা আশা পীবসনু।
নঙগী খোঙউপশিংদু কাউথোকখ্রো,
অদুদগী মবক্তুদা ঙাইহাক্তং লৈবো,
খোঞ্জেল হৌনা শকৎলো ঈশৈ,
জগোই শাগৎলো নীকখাযবো।
খিল্লিবা মোমবর্তিশিংদো মৈ চুখৎলো,
নপোক নুমিৎকী কেক অদো কক্লো,
মসিনি যাম্না চম্না অচৌবা নুমিৎ অমা হাযবদো,
নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল পীজবি।
সনা মচুগী কোবৌ মঙাললনা লৈতেংলসনু,
নুংঙাই যাইফবা মায পাকপা ওইবসনু,
মযামদগী থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইবসনু,
যাম্না অখন্নববা নপোক নুমিৎ অমা ওইবসনু।

# নপোক নুমিৎকী য়াইফ পাউজেল—৪

ঐগী মমাঙগী পুন্সিদা লাইনা হাযবীবমই,
''ফজববা মী যাইওইবা অমা পোক্কনি,
নঙনা মী যাইওইবদুগী মরূপ ওইবা ফংজবো।''
অসিগুম্বা থৌজালসি পীবন্নগা মাঙখবে।
লাইদুদা মখা তানদি হংবা নংজহৌদবে,
মহাক্না নহাকপু ঐগী মরূপ ওইনা পীবিবে,
নঙগুম্বা মরূপ অমা পীবীবগীদমক
ঐনা লাইবুদি ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।
অদুবু মসিমদি নহাক্না কাউথোকপীগনু
মদুদি থৱাম্মিচাক্না কেল্লকপা খূদিংগী
নহাক্কী নুংঙাই যাইফবগীদমক্তা
কনাগুম্বা অমনা নীংজবি হাযবসে।
ঐহাক্কী ইমিৎ অনী লৈজে,
অদুবু নহাকপুদি নুমিৎ খূদিং উবা ফংজদে,
ঐহাক্কী তাননবা ইনা অনী লৈজে,
অদুবু নখোঞ্জেলদুদি নুমিৎ খূদিং তাবা ফংজদে।
অদুগা ঐগী থম্মোযসিদি অমখক্তনি লৈজবিবা,
মদুনদি নঙবু মতম পুম্নমক্তা শেন্নদুনা লৈ,
মদুগী মনুংদদি নহাক্না লেঙদনা অদুম লৈ,
নপোক নুমিৎকী যাইফ পাউজেল পীজবি।
নুংশিবা, ঈং তপ্পা, হবাও তযাম্বনা
নহাক্কী পুন্সি চুপ্পদুমা থন্না লৈবসনু,
খ্বাইদগী খোযথুম্নবা পোক্তু ননাক্তা লাক্লসনু,
নপোক নুমিৎকী যাইফ থৌজাল থাজবি।

# মখোয়সি ননাক্তা চঙহনগনু

অপাম্বা,
অশাউবা অমসুং
কাবাম চাউবা,
অহুম অসি তমথিবা যেক্লবনি মীওইবগী ।

কেন্সব লাযনাদি লাযেংলগা ফহন্বা ঙম্বা যায,
তৌইগুম্বসুং অপাম্বা, অশাউবা অমসুং মিহৌবা
হাযবিবা অহুম অসিদি ফবা সুকঙম ঙম্লোই,
অহুম অসিগা মরূপ খক ওইবোইদবনি।

অপাম্বনা ফজবা শাজৎপু মাঙহল্লি,
অশাউবনা খম্নবগী ব্রাখল লৌশিংবু মাঙহল্লি,
কব্যম চাউবনা অফবা থবকপু মাঙহল্লি,
অদুনা যেক্লবা অহুম অসি তিন্নগনু ।

অশাউবা অপাম্বনা যেক্লবা মখল কযা শেমই,
মবম অদুনা মখোযসি ননাক্তা চঙহনগনু,
মিহৌববুসু থম্মোযদা চঙজফম পীগনু,
অদু ওইববদি নঙ মী ওইবা ঙম্নগনি।

# নুংশি ৱায়থুংনবা পুন্সি ওইবীয়ু

নুংশিবা হাযবসি কবিসু নত্তে,
নুংশিবীবা হাযবসিদনা খবা লৈবে,
নুংশিবা অমদি নুংশিবীবা হাযবা
অনীসি পূল্লগদি পুম্নমক ওইবে।
নহাক্না হাযবা নহাক্কী ৱাহৈ খূদিংদা
নহাকপু চেকশিন্না শেন্নববা হাযনা হংগনু,
অদুগা নঙগীদমক্তদি মক্কপ লৈবি খঙউ,
নঙগী অৱাবা মযাম লীথোকপদা ননীং তমউ।
মোমোন নোকপা হাযবসে অখোযবা লৈই অমনি,
অদুবু মসিনা অখোযববুদি চুমথোকপা ঙমই,
নোকপনা অখোযবা উনশা তিংহনবা ঙমই,
মেমোন নোক্লবা যাইফ পাউজেল পীজবি।
অবিবা মিনোক হান্নগী হান্ন অমত্তনি,
অবিবা পি হান্নগী হান্ন হামু হামুনি,
অবিবা অৱাবা হামু হামু অমত্তনি,
অবিবা নুংঙাইবা হান্নগীদুগা অমত্তনি।
অমুক্কসু হন্না অনৌবা চহীনা লাকপসিদা
অনৌবা পান্দমগী অনৌবা লীক্লা মবীক খবদং
ঐখোযনা নৌনা অমুক ৱাখল তৌবসি,
অনৌবা চহীগী যাইফ পাউজেল পীজবি।
হৌজিক্কী ওইনা, নহাক্কী পুন্সি চুপ্পগী ওইনা,
নঙগী ওইনা হাযবা অপীকপা ৱাখলদু পল্লুনু,
নহাক্কীদমক্তদি মক্কপ অমা লেঙদনা লৈ খল্লু,
নুংঙাইববা নুংশি ৱাযথুংনবা পুন্সি ওইবীয়ু।

যাইফ পাউজেল

# মঙ মঙউ থাজৌ অদুগা হোৎনৌ

অফবা খনববোমদা মিৎযেং থমউ,
মনুংদা নবাল লৈবগুম নোল্লুক্লা ঙাঙউ,
আ যৌশিন্না পূক্লীং চঙনা তাও,
অদুগা অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙমগনি।
থা ১২ চুপ্পা নুংঙাইবীযু,
চযোল ৫২ চুপ্পা ফাগী জুগায তৌবীযু,
নুমিৎ ৩৬৫ নি চুপ্পা হবাওনা নোকপীযু,
পুং ৮৭৬০ চুপ্পা লাইবক ফবীযু।
মিনিট ৫২৫৬০০ চুপ্পা হবাও নুংঙাইবীযু,
সেকেন্দ ৩১৫৩৬০০০ চুপ্পা মায পাকপীযু,
চহী চুপ্পসিমা নুংঙাই যাইফবতা ওইবীযু,
চহী হৌবগী যাইফ পাউজেল পীজবি।
পুন্সিসে অমুক হল্লকপা খোম্থাংদুনি,
অফবা তৌকুবগীসু ফনা অদুম হল্লক্কনি,
ফত্তবা তৌকুবগীসু ফত্তনা অদুম হল্লক্কনি,
অচুম্বা তৌকুবগীসু চুম্না অদুম হল্লক্কনি।
অবাম্বা তৌকুবগীসু লান্না অদুম হল্লক্কনি,
অদুনা নঙগী খ্বাইদগী ফবদু পীথোকখো,
অদুগা খ্বাইদগী ফবদু নঙোন্দা অমুক হল্লক্কনি,
খ্বাইদগী ফবা নুমিৎ অমা ওইবীযু।
মঙ মঙবা তোকপদা পুন্সি লোইবে,
থাজবা তোকপদা পান্দমসু লোইবে,
নীংজবা তোকপদা নুংশিবসু লোইবে,
অদুনা মঙ মঙউ, থাজৌ অদুগা হোৎনৌ।

# উন্নবা অমদি কায়নবা

নুংশিনা লৈমিন্নবম্বা পূম্নমক কাযনখি,
হবাওনা নোম্বীন্নবম্বা পূম্নমক হন্নখি,
লাঙতক্লবা ঐগুম্বা মীশিংসু কাযনখিনি,
অদুনা পুন্সি অসে হিংলিঙৈদা নুংঙাইখোকউ।
মীশিংসিনা খুদোংথিবা চৈনা থেংন থেংননা
হঞ্জিল হঞ্জিল নুংশির্নবিবা কবিগীনো ?
অঙকপা ৱাহংসিগী পাউখুম্দি,
অফবা মতমশিংদুনা হিংবদা মতীক চাহল্লি।
অদুগা নঙগুম্বা মীশক অমা খঙনকবনা
ঐঙোন্দা নুংঙাইবা মযাম অমা পী,
অদুগা নহাক্কা কাযনবদনা ঐ যাম্না ৱায,
ঐনা নহাক্কী নশক উবা ফংলক্তবা কুইবে।
পুন্সিসে উন্নবা অদুগা কাযনবগা চৎপনি,
মী খবনা কাযনদুনা চৎখিবা যাই,
তৌইগুম্বসুং নঙগুম্বা অখন্নবা মী ফংজববদি
পন্থদুনা লেঙদনা লৈহন্নবা লম্বী ফংগনি।
নুংশিবসে নুংশিৎকুম্বনি,
মীৎনা যেংবদা হেক্তা উবা ঙম্লোই,
মানা হকচাংদা থেংলক্ত্রিমখৈ
মহাক লৈ হাযবা খঙবা ঙম্লোই।
পুন্সিসে ফজবা পোৎশিংনা থল্লি,
নুমিৎনা খোৎনা মেঙনা খোক্লগা তাখি,
চুমথাঙগী ফজবা মচাশিংনা তপ্না তপ্না শির্থখি,
লৈশিংনা ফজনা লৈশাৎ তমলম্নগা খুইথখি।

**মাইফ পাউজেল**

# ঐনা নঙবু মথৌ তাই

নহাক্লা ইনাক্তগী চৎথ্রবসু
নঙগী নথৌ তাবক্ত্রিমখৈ খঙবা ঙম্লোই.
পুন্সি হাযবসে তশেংবমক্কী যাম্না ফজে,
মসি শম্না হাযববদা খোযথুম্লে।
খোইনা খোইহীবু তশেংনা নুংশি,
মীশিংনা পৈশাবু তশেংনা নুংশি,
অদুগা ঐনা নঙবু তশেংনা নুংশি,
হাযবদি ঐসে নঙগীনি হাযবনি।
লাইনা নহাকপু থৌজাম্বীসনু,
অসিগুম্বা নুমিৎ অমা পীনবীসনু,
নহাক চহী কোতি অমা পুন্সিসনু,
চহীসু নুমিৎ লিশিং অমমম্না শাসনু ।
নুংশিবা হাযবসে থৱাম্মীচাক্কুমই,
মবমদি থা খোক্তবা অহীংদি
যেংবা হৈবনা যেংবদা অদুম ফজে,
থৱাম্মীচাক খোক্তবা অহীংদি মপূং ফাদে।
পুন্সিসি হিংদুনা লৈবদা
মিহুন হুনবা অমা মথৌ তাই,
মিহুন হুন্দুনা লৈনবা
ঐনা থম্মোয অমা মথৌ তাই।
থম্মোয অমা লৈবদা
ঐনা নুংঙাইবা অমা মথৌ তাই,
নুংঙাইনা লৈনবা হোৎনবদা
ঐনা নঙবু মথৌ তাই।

# হয়েংগী ফজরবা ব্রারী অমা শেম্নবা

অযুক্তা পাউজেল পীবসে তবাম্না ওকপখক নত্তে,
মসিগী নুংদা পাউজেল অমা যাওবি,
যাহৌবগা নঙবু নীংশিংই হাযবনি,
অফবা অমদি ফজবা নুমিৎ অমা ওইবীযু।
নঙনা ঐবু মরূপ অমা ওইনা চেংনা থম্বীযু,
ঐনসু নঙবু থম্মোযনুংদা শো লোনশিন্দুনা থমগনি,
অদুদগীদি শৌজিদু যাম্না থাপ্পা লংখোকপ্তগনি,
কনামত্তনা নহাকপু লৌখিবা ঙমদনবা।
নহাক্কী খোংলবা চেকশিন খৌবাংদো
ঐগী থম্মোয অসিদা ফজনা যৌবা ঙম্লে,
অদুগা যাম্নবা নুংশিবনা থম্মোযসে থলহল্লে,
মসি ব্রাহৈনা ফোঙদোকপদদি ব্রাবগনি।
নুমিৎ খূদিং নহাক্না শোকপা ঙম্বা মঙ ওইবীযু,
নুমিৎ খূদিং নহাক্না ফাওবা ঙম্বা নুংশিবা ওইবীযু,
নুমিৎ খূদিং মবম পীবা ঙম্বা মহিংদা হিংবীযু,
পুন্সিচুপ্পা অফবা নুমিৎ অমমম ওইবীযু।
নহাক্না নহে তম্বগী পীবকপা চেবোল যেংলগা
অহন্না হোয হাযববা অপান্দুখক পীববনি,
মসিনা যাদ্রি হাযববা খবা হেন্না ফগৎনবনি,
ঙাইখো হাযববা খ্বাইদগী হেন্না ফগৎনবনি।
পুন্সিসে চিংখৎ চিংথ যাবা পোৎ নৎতে,
মসিদি মথন্তা হাংদোকচবগা চৎচবনি,
অদুনা ঙসি হিংবগী খুদোংচাবা মাঙহল্লগনু,
হযেংগী ফজববা ব্রাবী অমা শেম্নবা।

মাইফ পাউজেল

# হাৎনবা মশীংফাও কোন্নদ্রে

পীক্লিঙৈদা পোলিওনা হাৎলি,
চাউবগনা নোংমৈ মকনা হাৎলি,
মৈতৈ মচা অসুম অসুম তাকশিল্লক্নে,
নোংম নোংমগী মুৎশিল্লক্নে মৈত্রবাক।
পীক্লিঙৈদা পোলিও পীথক্লুনা
ব্রানা যোকচদুনা চাউবক্লবা মতমদা
নোংমৈ মক্ন পীজবীগদবা লৈববদি
যাইফ যুম্বান তৌদ্রবসু যাবে।
ঈন: লৌখোং চেনবা,
মীশানা লৈখোম খোকপা,
হোল্লিবা শ্রবদা মী অশিবগী মনম,
থক্লিবা ঈশিংদা ঈবীক হাযবদো থোক্লবে।
জঙ্গলগী আইন অফম্পা লৈববসু
ত্রিপুবাদদি মী হাৎপগী মশীং যামদে,
মসিগী হৌবকফমদি লৈঙাক মপূনি,
লৈঙাক ফৎত্রবদি ব্রাবোইশিন লৈতে।
অঙাং মশীং হুম্বহন্নবা পাযখৎলিবা
যাইফ যুম্বান তোকপিবো.
পোকচবিবা খবা অসিনফাওবা
হাৎনবা মশীং কোন্নবা নত্রে।
নোংমৈ মব্দনা মুন্দুনা পুবিস্ত্রবা
থব্রায কযাগী মশীং পাবা ঙমদ্রে,
শিবা কোন্ননবা পোকপফাও ঙমদ্রে.
হাৎনবা মশীংফাও কোন্নদ্রে।

# অশিবনা পরেং পরেং চৎলি

ৱাযেম্বীনবা লৈতবনা পুন্ডৌ ফনেক শেৎপী মযাম কপ্লি,
মন্তিক্লবি অশিবশিংগী মমল লূপা লাখ লাখকা,
কনানা অমুক পোক্লিংখিগনি লমদর্মশিদা।

অশিবনা থোবক্কুনা ৱা খক ভাওলদে,
শীজন্নীবিবা মবাল চুম্মী চুমদে খক হাযবদে,
অহিংবা মীদুগীদি পাউখুম ৱাত্তে।

মবাল শীজিল্লবসু অদুম কবিসু হাযবদে,
উপাই লৈতে, অশিবতনা অশোন্বা শকই,
অকম্বা অঙম্বনা অদুম অচুম্বা শকই।

মবোল অহুমগী লৌশিং পুক্কে,
অঙম্বগী মাঙদা মবৈ লোম্মী,
লৌশিং পূম্বা মাঙই নোংমৈ মমাঙদা।

শিবা চঙবসে নোংদম্বগী খুত্তা লৈবক্রে,
অঙম্বগী খুত্তা লৈবে ঙম্না ঙসিদি,
খঙলে উবে মতিক মযায অঙম্বগী।

হিংনা হিংনা শিববা মযাম অমা,
শিনা শিনা হিংলিবা মযাম অমগা
অশিবগী শক্তম্না পবেং পবেং চৎলি।

যাইফ পাউজেল

# ব্রাহংনি ঈং তপ্পা, পান্দম্নি ঈং তপ্পা

কলম্বু পাযববসু যোৎপাকপু পাযববসু
নোংমৈবু পাযববসু তৌবিবা থবক্তুদি
মীদুগী খল্লিবা রাখলদুগী মমিনি।
মীওইবগী থম্মোয লৈপালদা শাৎপা লৈদি,
নুংশিবা কৌবা চৈদুতনা হেক্কদবনি,
পাঙ্গন্না চীন্না ঈং তপ্পা পুবকপা যাবোই।
নিউক্লিযাব বোম অসি
লানগী হৌবকফম নত্তে,
লানগী হৌবকফমদি থম্মোযনি।
মীগী কুচুদি মান্নদ্রবসু
মীদি মীগী কাঙলুপ্নি,
মালেম অসিসু অমত্তনি।
ঐখোযগী ইমা লৈপাক ইবমদম
ঈ তৈবা ফিজোল ফিজেৎনবীবনু
অশংবা ফিজোল ফিজেৎনবীবো ইমা।
ঈনা যেকই ইবৈবাক্কী শক্তম,
ঈখেংনা চেল্লি ইবৈবাক্কী লৌখোং,
ইবৈবাক্কী মীংদা ইমাগীদমক।
মচিন্দদি লাউবি ঈংনা পানবা !
লাউবিবশিংদুনা অঙ্গংববুদি থুগাযবি,
তাবদা ব্রাববা ঈংনা পানবা !
ব্রাহন্দোক লৈত্রে ঈং তপ্পগী !
ঈং তপ্পা থুগাযবিবা মখোযগী
ব্রাহংনি ঈং তপ্পা, পান্দম্নি ঈং তপ্পা।

# য়াইফবা পুন্সি অমা ওইবীয়ু

অঙাঙবা, হিগোক, অশংবা,
মংগ্রামচু, কোন্নাবোং, ঙাঙলৈনবা,
মচ মযামসি লোইনা খল্লো,
হৌজিক্তি নমীত্তু উইশিল্লো।
অদুগা অদুগুম্না মচ মযামদুনা
নশা পুন্না তৈবে হায়না খল্লো,
মসিবু কৌই যাউশঙগী অবেব তৈনবা,
শঙজিল্লো পুন্সিদো মচু মচুশিং।
পুন্সিসে লাইবিক অমনি,
ঐখোয় পুন্নমক্না মসিবু পাই,
নুংশিবসে থৌজালবীবা অমনি,
ঐখোয়দা মসিগী মথৌ তাই।
মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইয়ু,
মতম পুন্নমক্তা মোমোন নোকউ,
মালেমসিদা ঐখোয়না লাক্লিবসে
নীংশিংউ কুইবা নত্তে ঙাইহাক্তংগীনি।
নুমিৎ খুদিং ঐখোয়গী পান্দমদি
কনাগুম্না অমগী থম্মোয় পেলহনবনি,
কনাগুম্না অমগী পুক্নীং থৌগৎপীবনি,
অদুগা কনাগুম্না অমগী থবায় পেলহনবনি।
নঙবুসু লাইনা লেপ্পনা থৌজালবীসনু
অদুগা নঙনসু অতোপ্পবু থৌজালবীয়ু,
অদুগা হিংলিবা পুন্সিসে নুংঙাইবা ওইহল্লু,
নুংঙাই যাইফবা পুন্সি অমা ওইবীয়ু।

# ফজবা নুমিৎ অমা ওইবীয়ু

অফবা অযুক অমা ওইবীয়ু !
ঐনা কন্না লাউদুনা হাযজবি,
মবমদি নহাক যাম্না লাপ্লা লৈখ্রে,
নহাক মসি পূম্নমক্কি তাদববা ?
নফমদা পান্দম মযাম অমা তৌজে,
নুংঙাইবা নুমিৎ মযাম অমা হল্লকসনু,
লাইনসু নহাকপু যৌজালবীসনু,
হকচাং ফবা, ইনাক খুম্বা ওইহল্লীসনু।
ঐখোযনা পাম্বদু হেক্তা লৈগদবা নত্তে,
ঐখোযনা লৈবদু হেক্তা পামগদবা নত্তে,
ঐখোয হৌজিক ফাওবদি হিংলি,
ঐখোয হৌজিক ফাওবদি রাখল তৌবি।
নশাবু হস্তনা খল্লক্লবদি মসি নীংশিংউ,
নহাক্সে থাজবগী ব্রাংমদা নপাঙ্গল লৈ,
খঞ্জবদগী হেন্না যৌনা ফৈ, শিংই,
অদুগা হোৎনববদি ঙমদবা লৈতে।
পুন্সিদা অরাবা থেংনবগা পাখৎকনু,
মীৎ উইশিল্লু অদুগা থম্মোযগী মতুং ইল্লু,
মবমদি থম্মোযদি ওযথংবা নাকন্দা লৈ,
অদুবু মতম পূম্নমক্তা চুমদুনতা লৈ।
ঐখোয হৌজিক ফাওবদি নুংশিনবি,
মব্দপ ওইবগী মবীদু তৎপা লৈনদ্রি,
নোংমদি নীংজবদু শোযদনা ফংগনি,
মদুনি পুন্সি ! ফজবা নুমিৎ অমা ওইবীয়ু।

যাইফ পাউজেল

# নুংঙাইবা মঙ মঙবীয়ু

কনাগুম্বনা তবাম্না তৌদুনা ঈথিল অমা পীববা,
অদু ওইববদি মদু নঙোন্দা পুন্নমক্নি,
কবিগুম্না অমনা নঙবু মোমোন নোকহল্লবা,
মদুনি ঐনা নঙোন্দা পান্দম তৌজবিবসু।
অশেংবা অফবা অহীংগী পাউজেল অমা
নহাক্কীদমক্তা ঐনা নীংজদুনা থাজবি,
তৌশিন্নবা শাজিন্নবশিংদগী চেকশিথীয়ু,
পাউজেলদুগী অশেংবা দিলবদুদি ঐনি।
নহাক্তি ঐঙোন্দগী যাম্না লাপথ্রে,
অদুনা ঐনা কন্না লাউদুনা হার্যবিবনি,
লাপ্পা লৈববসু নহাক্না শোযদনা তাবমগনি,
অফবা অহীং ওইবীয়ু, নুংঙাইবা মঙ মঙবীয়ু।
ঙসিগী নুমিৎসে যাম্না মযাই কাবা যাই,
ঙসিগী নুমিদাংসে যাম্না থবক চিনবা যাই,
অদুবু নুমিৎসে অবেম্বদা লোইহনখিগনু,
অফবা অহীং ওইদুনা নুংঙাইবা মঙ মঙবীয়ু।
কোবৌ মঙালনা অমম্বা মচু ওল্লক্লবদা
নুংশিববা থব্রাম্নিচাকশিংনা মশক উৎলক্লবদা,
থম্মোযগী মিহুন্দুনা অচুম্বা খবা হাযবক্কনি,
মদুদি মরূপ অমনা নহাকপু উদবা কুইবে।
মঙ মঙলিবা মীদুদা অহীংনা নুংথিন্দগী শাংই,
অদুগা মঙদু মঙফাওনদুনা চুপ্পবা নঙোন্দা
নুংথিলনা অহীংগী মতমদগী হেন্না শাংই,
অফবা অহীং ওইদুনা নুংঙাইবা মঙ মঙবীয়ু।

যাইফ পাউজেল

# নোংদম্বনা থৌজানবীসনু

নপোক নুমিত্তা যাইফ পাউজেল পীজনীংই,
নহাকপু মহুপশিংনা নুংশি হাযবা খঙহন্নীংই,
নপোক নুমিৎসিদা ঐঙোন্দা কবি রাখল তৌই,
নহাক্লা কবিগুম্বদা অহল ওইবদো উত্রববা ?
হন্দক্কী চহীদি নহাক্কী নপোক নুমিৎতো
যাম্না খেঙনা পাঙথোকখি হাযবা তাখি,
অদুবু অপঙবা মহুপ মপাংশিংদুনদি
নঙোন্দা মতমচানা পাউজেল থাখি হায।
ফজববু অফবা মাযকৈবোমদা পুবকপদ
অশেংবা মহুপ অমা ওইবগী থবাক্ত
অচুম্বা মাযকৈদা পুবকপদা যাববদি
থবক তৌমিন্নবা রাবী শামিন্নবা যাবে।
ঐখোযগী মবীসি মদুগুম্বা মবীদুনি,
অদুগা মসিমদি মতম পুম্নমক্তা নীংশিংবীযু,
মদুদি কনাগুম্বা অমনা নহাকপু নুংশিজে.
নুংশিজবিবা মীশক্তু অতৈ কনাসু নত্তে ঐনি।
মসিগীদমক্তা নুংঙাইবা ফোঙদোকচবি,
খ্বাইদগী অহেনবা মপোক নুমিৎ অমা খঞ্জবি,
নহাক্লা ঙসি মোমোন মিনোক মযাম ফংই,
মদুগী মনুংদা নহাক্লা অমুক্তা উদ্রিবা অমা যাওবি।
মদু মপাম্বোংগী চীনবান্দা মোমোন নোকপদু নত্তে,
তৌইগুম্বসুং মদু আ থম্মোয মনুংদগী থোবকপনি,
মদুগী মোমোন মিনোক্তু ঐঙোন্দগী লাকপদুনি খঙউ,
নঙ অমদি ইমুং মনুং নোংদম্বনা থৌজানবীসনু।

# কায়খ্রবা থম্মোযদো তাইশিনখিগনি

ফেব্রুযাবী ১৪ বু নুংশিনবা উন্নবগী থৌবম তৌই,
ঐখোযনা খঙলে নুংশিনবা উন্নবদা কবি তৌখি,
হার্যবিবা মতমদুদগী থা মাপল চপচানা লৈবগা
নভেম্বব ১৪ দা অঙাংগী নুমিৎ থৌবম অমুক তৌই।
ইান্দযাসে যাম্না খঙ হৈবদা অথোইর্বান,
ইনাক খুনবশিংনা কাবদা চৎলি,
লাযবশিংনা ষনগাবীদা চৎলি,
অদৃগা নঙনা ঐগী থম্মোযদা চৎলি।
নঙগী থম্মোযদা চৈনা ফংবদা ব্রাদবা,
মতমদুদা নহাক ব্রাবী শানীংলমগনি,
কনাগুম্বনা নহাকপু কম্লদগী তোকহনবা ঙম্লবা,
মীশক অদুমক্লি নহাকপু কপহনবা ঙম্লিবাদো।
পোৎ খৃদিংমক অবানবা লম্বীদা চৎখ্রবা
পোৎ খবা পামজদুনা ব্রাখল তৌববা
নহাক্লা নুংশিবগীদমক খঞ্জবর্বদি
কবিগুম্না খবা হেক থোক্লিফাওবা ইল্লু।
অযুক নুংথিল অহীং হাযবা খাইদনা
নহাক্লা খাবকপা যাইফ পাউজেন্দো
ঐগী থম্মোযদা কোবৌগুম ঙান্দুনা লৈবে,
ঐনা নুমৎ খৃদিংগী নঙগীদমক্তা খুকমজবি।
নহাক্লা কনাগুম্বা অদুবু যাম্না নীংজববা
নহাক্কী থম্মোয মচেৎ তানা কাযবক্কনি,
অদুগুম্বা মীদুনা হল্লো হেক হাযবকপদা
কাযখ্রবা থম্মোযদো হেক্তা তাইশিনখিগনি।

যাইফ পাউজেল

# মৈগী কূম্মেনা অমম্বা কোকহল্লশি

নহাক্সে ঐনা ফংগে তাল্লিবা পোত্তুনি,
ঐগী থম্মোযদা নীংজবসে কবম্মা হাযগনি,
মতম পূম্নমক্তা ঐহাক্সে মায পাক্নে,
ঐ মসিগীদমক্তা যাম্মা বাবে।
মসি কবিগীনো নঙ খঙলববা ?
মসিগী মবমদি মতম পূম্নমক্তা ঐসে
নঙ উদবগী অম্নাবনা পোলোই ওই,
নহাকসু মদুগী শোযদনা খঙলক্কনি।
মসিগী মৈগী কুম্মৈগী মৈঙাল্লক্লিদা
অহাও অথুম মযাম অমা চাবো,
নুংশিনবশিংদা পাউজেলশিং থাবো,
খোঞ্জেল হৌনা ঈশৈ শক্কৎলো।
খোন তবলাশিং যৈখৎলো,
নুংঙাইনা তান থাবো,
ঈশৈ খোংনবশিং খোঙৎলো,
মক্নপ মপাং মযাম উন্নবো।
মসিগী মৈঙালগী ফজবা কুম্মৈ অসিনা
হবাও নুংঙাইবা অপেনবা পুবক্লসনু,
চহীচুপ্পা অসিমা লেঙদনা লৈবসনু,
নুংঙাইববা মৈগী কুম্মৈ অমা ওইহল্লো।
নহাক অমম্বনা থাউমৈ অমা মুখৎখিবা উম্রববা ?
তৌইগুম্বসুং থাউমৈনা অমম্বা কোকহনবদি উবে,
অদুনা মম্লনবা শাপ কৈদৌনুংদা তৌগনু,
মৈগী কুম্মৈগী মৈঙালনা অমম্বা কোকহল্লশি।

যাইফ পাউজেল

# থম্মোয়নুংদা কোয়চেন চেনদুনা লৈরে

অঙকপা মযাম অমা খঙননবা তমশিল্লবা
অদুগুম্না মীশক্তো খ্বাইদগী মবাইবক ফববনি,
তৌইগুম্নসুং মহাক্না খুদোংচাবা লৌবদি নত্তে,
ঈংনা চীক্লা নুংঙাই যাইফনা পানবা পুন্সি ওইবীযু।

লৈ খবনা নুংশাদা ফজনা লৈশাৎ তমই,
লৈ খবনা উকমদনা হেন্না ফজনা শাৎলি,
লাইনা ঐখোযবু খ্বাইদগী ফবা মফমদা থাবী,
অদুগা নুংশিবনা হাব ওইনা হাপ্পী।

নহাক্লা উবিবদো কবিনা অচুম্বনো ?
নহাক্লা উবিবদো কবিনা অবাম্বনো ?
নীংশিংউ অশেংবা মকপকী মবীদি শিবা নাইদে,
মসিনা নহাকপু ঐঙোন্দা মমল যাম্না কাহল্লি।

অদুগা ঐনা নঙবু পান্নবা কাপ্পদা
খ্বাইদগী খুৎ চুমদবা মীশক্ত ওইবে,
মবমদি নঙনা কোযচেন চেন্দুনা লৈবনা
পানবা ঙমদনা হেক্তা নাম্ব্রোকখি।

নহাক খ্বাইদগী যাঙবা লমজেল্লোয ওইগনি,
অদুগা নহাক্কী নশাসু শোযদনা চোকথবমগনি,
মবমদি নহাক্লা মতমচুপ্পদা অহীং নুংথিল খাযদনা
ঐগী থম্মোযনুংদা কোযচেন চেন্দুনা লৈরে।

যাইফ পাউজেল

# থম্মোয়নুংদা নহাক্তি লেঙদনা লৈ

ফজবা মাযথোঙ কৈদৌনুংদা খক যেংলুগনু,
মদু নোংমদি শোযদনা অহল ওইদুনা মাঙখিগান,
কুচু ফজবা উনশা কৈদৌনুংদা খক যেংলুগনু,
অদু নোংমদি শোযদনা খুইদুনা মাঙখিগনি ।
তৌইগুম্লসুং মন্ধপকীদমক্তা লৈবা থম্মোয যেংউ,
মবমদি মদুনদি নহাক্কীদমক নুমিৎ খুদিং রাগিগনি,
নহাক্নে মীগী মপোৎ লোন্না লৌবা হৃবানবনি,
মবমদি নহাক্না ঐগী থম্মোযসে হৃবানখ্রে।
ঐখোযনা লনাই অপাম্না লম্বীদা চৎনি,
অসুম্না পুন্সিসে মচেৎ মচেৎ শেমগৎলকই,
তৌইগুম্লসুং ইবান্নী লাপ্না থাইদোক্কবসু
থম্মোযনুংদা নহাক্তি লেঙদনা অদুম লৈ।
নহাক্না ঐঙোন্দা অমুক্তং রাবী শাবীবক্কবা,
ঐগীদি নুমিৎ খুদিং নুংঙাইবা নুমিৎ ঙাক্কনি,
ঐনা হাযবিবসে মীনমদুনা হাযবা নত্তে,
নঙগা পাউ ফাওনবনা ঐবু মোমোন্নহাল্ল।
মিনিট অমদগী মিনিট অমদা
মথং মথং হৌখিদুনা নোংমা ওইখি,
নোংমা অমদগী নোংমা অমদা
মথং মথং হৌখিবনা চযোল ফাখি।
চযোল অমদগী চযোল অমদা
মথং মথং হৌখিবনা থা ফাজিল্লকই,
অদুবু নহাকী লীপুন্না পুনবসিদি
পুন্সিসিদা খক নাম্বোকপা ঙমদ্রে।

যাইফ পাউজেল

# মসি হঞ্জিল হঞ্জিল অদুম তৌই

মোমোন নোকপা হাযবসে সিম কার্দকুম্বনি,
হিংলিবা পুন্সি অসিনা মোবাইল ফোনগুম্বনি,
মোমোন মিনোক্কী সিম কার্দ অমা হাপ্‌চল্লবাদ
মামোন্নবা পুন্সি অমা মখৌ তৌহনবা হীবনি।
থাজবনা পোৎ পম্নমক ওইথোকহল্লে,
মাখলনা ওইথোকহন্নবা থবক শুহল্লি,
নংশিবনা ফজনা উদ্না ল্লনা তৌহল্লি
হোৎনবা কনবনা মায পাকহল্লি।
মর্বা অসিগা নোংমগী থবক হৌহল্দ
মহাক্কী থবক্তো শোথদনা মঙফাহনর্নি
অদুনা মতম চানা হৌগৎলগা থবক তৌ,
অফবা অযুক্কী যাইফ পাউজেল পীজবি।
পুন্সিসে পঙলুদা লুহনবসু তৌগনু,
অদগা নোক্লবা মতম খবসু থমউ,
মবমদি নোকপনা পুন্সি নুংশাংনা লৈহাল্ল,
পুন্সিগী চহী মশীং যাম্না শাংদোকহল্লি।
মীশিংসে খবনা পীথোকই,
মীশিংসে খবনা লৌশিল্লি,
মীশিংসে খবনা হোৎনৈ,
মীশিংসে খবনা হোৎনদে।
মীশিংসে খবনা হায, "হাই!"
মীশিংসে খবনা হায, "বাই!"
মীশিংনা মসি লোইনা খঙই,
অদুবু মসি হঞ্জিল হঞ্জিল অদুম তৌই।

# ঐনা নঙবু উদবদা য়াম্না ৱায়

পুক্সিদা শোযখিবগী নোংমফাও নীংঙমদবা তৌগনু,
অফবা নুমিৎশিংনা নঙোন্দা নুংঙাইবা পী,
ফত্তবা নুমিৎশিংনা নঙোন্দা লৌশিং পী,
অফবা ফত্তবা অনীমক পুক্সিদা মখৌ তাই।
নঙনা চৎনীংবা মফমদা চৎলু,
নঙনা তৌনীংবা থবক তৌ,
পুম্নমক মপূগী খৌজাল ঙাক্তনি,
নোংদম্বনা তম্নম্ববু ইন্দবা যাববা ?
অতোপ্পগী ফনবা তৌবদা চোকথবা নাইগনু,
মবমদি মদুনা অচৌবা কান্নবা অমা ওইবা যাই,
অদুননি ঐনা "হাই!" হায়বতা ওইববসু
নঙগী নফমদা হায়বদা চোকথদ্রিবা।
ঐনা নঙবু চেকশিন্না শেন্নজবগী পাউজেলদো
নুংশিৎকী খুখাংদা নঙোন্দা যৌনবা থাজখিবনি,
নুংশিৎনা নঙগী নমায়দা লিবি লিবি হুম্রক্লবদি
খঙউ মদু ঐগী পাউজেলদো নঙোন্দা তম্লবিবনি।
ঐগী মিৎনা কোযথি থিবি নঙবু,
মবমদি ঐনা নঙবু উবা ফংদবে,
ঐগী পাম্বোম ঈহাঙ হাঙলে,
মবমদি ঐনা নঙবু কোঞ্জবা ফংদবে।
ঐগী ইবৈসে ঈযিং ঈংলে,
মবমদি ঐনা নঙবু চুপচবা ফংদবে,
তৌইগুম্বসুং ঐগী থম্মোযসিদি কাযবে,
মবমদি ঐ নঙগা লোযননা লৈবা ফংদবে।

# কাউথোকপদি পুন্সিচুপ্পা চঙ্গনি

ঐনা নঙোন্দা নুংতিগী অয়ুক্কী পাউজেল থায়,
মসি অয়ুক্কি পাউজেল ঙাক্তগী নত্তে,
মসিদা অবোনবা পাউজেল অমা যাওবি,
মদুদি ঐনা হৌগৎপা খূদিংদা নঙবু খল্লি।
ঐবু নীংশিংবীয়ু অদুগা পূক্রীং হাঙহল্লু,
অদুগা অনৌবগীদমক্তা অবিবা হোংগনু,
মবমদি ঐসে নঙগীদমক লৈ,
নঙ উদবদা ঐ যাম্না ব্রাই।
থাজনীংঙাই ওইবী লৈশাবী থিবা ব্রায,
মসি মতমচূপ্পদা চুমদুনা লৈববা ব্রানি,
নঙগী পুন্সিগী লশ্বীদা ঈশ্বরনা থৌজানবীসনু,
নঙগী পুন্সি নুংঙাইবনা মপূং ফাহল্লসনু।
মোমোন নোকপা হাযবসে অখোযবা পোৎ অমনি,
অদুবু মসিনা অখোমবা পোৎপুদি চুমথোকপা ঙমই,
মসিনা মাযগী অখুইবা উনশা চুমথোকহল্লি,
পূক্রীংগী অখোযবা অব্রাবা চুমথোকহল্লি।
ঐ খ্বাইদগী ব্রাংবা চীংজাও কাবসু ঙমগনি,
ঐ খ্বাইদগী চাউবা সমুদ্রদা ঈরোইবসু ঙমগনি,
ঐ নুংশিবগীনিবু হাযববদি পূন্নমক ঙমগনি,
মদু পূন্নমক নহাক্কী ননাক্তা লাক্লবগীদমক্তনি।
মী অমগা কাযননবা হোৎনবদা মিনিট খবতা চঙ্গনি,
মী অমগা পান্নবা হোৎনবদা পূং অমত্তা চঙ্গনি,
মী অমগা নুংশিননবা হোৎনবদা নোংমতা চঙ্গনি,
অদুবু কাউথোক্লবা হোৎনবদদি পুন্সিচুপ্পা চঙ্গনি।

যাইফ পাউজেল

# নীঙমদবশিংদুনা লাপ্লা চৎহনখ্রো

ঐনা নঙগীদমক ফজববা চযোল অমা নীংজবি,
নিংথৌকাবদা চাউনা থবক হৌবা,
লৈবাকপোকপদা খুবৌ থাংদবা,
যুমশকৈশদা অৱা অনা নংদবা
শগোলশেন্দা হৈনাংদবা অমত্তা লৈতবা,
ইবাইদা মোমোন মিনোক তন্না,
থাংজদা ঐখোয় মযাম পনমীন্নবা,
অদুগা নোংমাইর্জিংদা অচৌবা ফাগী তৌনবা।
মখোযবু নহাক্কী ওইজবা ফংগে খল্লর্বা
মখোযনা নহাকপু উবা ফংহন্দনবা লম্বীদা
মখোযগী মনাক্তা অদুক্কী মতিক নক্লা ফম্মু,
মবর্মাদ ইথক্তা থোক্লিবা নুমিৎপু যেংনদে।
অনৌবা নুমিৎ অমা লাকপা খুদিং তবান্না ওকউ,
নহাক্কী চীনবালনা মোমোন মিনোক নোকউ,
নহাক্কী থম্মোযনা নুংশিবগী খৌজাল উৎলু,
অদুগা নহাক্কী পুক্লীংদা অফবা অদুতা খল্লু।
অযুক খুদিং নঙোন্দা লৈবিবা অৱাবদো
থোঙ্গাল ৱাংমা লান্না তান্থোকখো,
মবমদি অৱাবদুনা অবাবশিংদু পুবগা চৎখিনবা,
অৱাবা যাওদবা নুমিৎ অমা ওইবীযু।
নুমিদাংনা নোংমগী অবোইবা ওইখ্রে,
অযুক্লা অখন্নবা লম্বী অমদা লাক্লে,
কোবৌনা ঙান্থোবকপদা মোমোন নোক্লো,
অদুগা নীঙমদবশিংদুনা লাপ্লা চৎহনখ্রো।

**যাইফ পাউজেল**

# অহীংদুগী অরোইবা ৱাখলদু নহাক্কীনি

নহাক্কী থম্মোযদা অনাবা অমা ফাওবক্লবা,
ঐগী থম্মোযনা নঙবু উদবগী ৱাজবদুনি,
নহাক্কী নখোঙদুদা চোকথবা ফাওবক্লবা,
মদু নঙনা ঐগী ৱাখলদা কোযচৎ চৎপগীনি ।
ঐনা অখন্নবা মী অমা উবা ফংখিদবদা ৱাজৈ,
ঐনা লাপ্না চৎতুনা মফম খুদিং থিবসু ঙমজদে,
ঐনা ঐগী থম্মোযনুংদা চঙদুনা যেংজৈ,
অদুগদি নহাক্না থম্মোযনুংদা লেঙদনা লৈবন্নে।
নঙগী মোবাইলদা কবিগুম্বা মখোল অমা থোবক্লবা,
নঙোন্দা কবিগুম্বা অকাযবা পীবক্লবা,
অদু ওইববদি নহাক্না মুন্না খঙজিল্লু,
কনাগুম্বা অমনা নঙগী মবমদা খল্লবনি।
অদুগা মিকুপসিদা তৌবক্লিবসিনা ঐনি,
নঙবু উবা ফংদবা মতম পুম্নমক্তা যাম্না ৱায,
মবমদি মসি শেন্নীবা মপূনা পীবা খূদোলনি,
নীংজবনা থল্লবা নুমিৎ অমা হৌবসনু ।
অয়ুক খূদিংমক অহৌবা অমমম্লি,
অনৌবা যাইফ থৌজাল পীনবীবসনু,
অনৌবা ৱাখলগী পান্দম অমা লাক্লসনু,
মদুনা মপুংফাবা নুমিৎ অমা ওইবসনু।
অঘেঙবা অহীংদা পাউজেল থাবক্লিবসিনা
নঙোন্দা তূমগদৌবে খঙহন্নখক নত্তে,
মসিদা অবোনবা পাউজেল অমা লোত্তুনা যাওবি,
মদুদি অহীংদুগী অবোইবা ৱাখলদু নহাক্কীনি হাযবসিনি।

যাইফ পাউজেল

# নঙবু খন্দনা করম্মা লৈবা ঙমগদগে

পুন্সিদা ঐনা তম্বদগী খঙলে,
মদুদি মতৌ কবম্মা নুংশিগনি,
মতৌ কবম্মা মোমোন্নগনি,
মতৌ কবম্মা নুংঙাইগনি।
মতৌ কবম্মা পাঙ্গনবা ওইগনি,
মতৌ কবম্মা থবক কন্না শুগনি,
মতৌ কবম্মা থম্মোয় শেংগনি,
মতৌ কবম্মা থাজবা থমগনি ।
অদুবু মসিমদি তমশিন্ব, ঙমদ্রে,
তমশিল্লবসু হৈবা সুকঙম ঙমদ্রে,
মদুদি ঐনা নঙগী ব্রাখল খন্দনা
মতৌ কবম্মা লৈগদগে হায়বসে।
মোমবর্তি অমনা অমদা চমদুনা চুখৎখিবদা,
মশাগী মঙালদু খক হম্থখিবা লৈতে,
নহাক ঙাল্লিবা মোমবর্তি অমনি,
অতোপ্পগা ঙানমিন্নবদা খক চোকথবোই।
অযুকসে অঙকপা থৌজাল ঙাক্তনি,
লৈচিল থাংগেবা নুংশা শাগেবা
মসিনা নীংজবা পান্দম ওইনা লেপ্লি,
পুন্সি কৌবা অমগী অহৌবা ওইনা।
মী অমনা হেক পোকপদা পান্দম যামখ্রে,
পান্দম অমমম্না মঙলান কযা মঙফাওনহনগনি,
অখন্নবা থবক মযাম পাঙথোক্কনি ব্রাশক্লিবা,
ঐনা নঙবু খন্দনা কবম্মা লৈবা ঙমগদগে।

যাইফ পাউজেল

# নুংঙাইবা মঙদু মঙফাওনরসনু

নঙনা নুংঙাইনা তূম্লনবা হাযদুনা
ঐনা নঙগীদমক অখন্ননা ফমুং অমা থম্লে.
মসিদা চেকশিন্না শেন্নবগী মোন অমা যাওবে,
ৱাখল তানবগী মোম্পাক ফিদক অমা যাওবে,
ঈং তপ্না পোত্থানবগী ফৈজুপ অমা যাওবে,
অমদি লাইবক ফবগী মঙ অমসু যাওবে,
অফবা অহীং ওইদুনা নুংঙাইনা পোত্থাবীযু।
হাই থা ! নঙগী নঙালদু মেঙহল্লু,
হল্লো নুংশিৎ ! নঙ লিবি লিবি শিৎলু,
হল্লো পৃথিবী ! নঙসু তপ্না তপ্না লৈযু,
মবমদি ঐগী নুংশিববা মরূপ তূম্বা চঙখ্রে,
অফবা অহীং ওইদুনা নুংঙাইনা পোত্থাবীযু।
হল্লো হাযবসে হেক্তা হাযবা যাদে,
মবমদি কবিগুম্বদা মসিনা কাযনহনবা লৈ,
ঐ যাবে হাযবসে হেক্তা হাযবা যাদে,
মবমদি কবিগুম্বদা ঐ যাদবা লৈ,
অদুবু মসি হাযবদদি যাম্না লায,
ঐনা নঙবু উদবদা যাম্না ৱায,
মবমদি মদুমক তশেংনা তৌই।
নঙগী থম্মোয অমদি থৱাযদা মঙনা লাকই,
মসি মীত্রংগী মতৌগুম নীংশিংলকপদুনি,
মসিদা ৱাখলনা শাবা অমদি অশেংবদু যাওই,
ঋাইদগী নুংঙাইবা মঙদু মঙফাওনবসনু।

যাইফ পাউজেল

# মঙ মঙবীযু কবি ওইবীযু

লমঙান্না শাৎলি চীংমাযদা চীংথ্রাও মপালনা,
জুম জুম যাম্থবি উকাদা খোঙগুনমৈলেনা,
হযীংখোইনা লৈবাং লৈকাদা খোইহী চূপ্লি,
খোইনীং পুঙবানা উশাদা নুংশিননা তোংমিন্নবি।
চবোং চবোং পোল্লিবা হৈনৌ মপাল,
তুম্পক তুম্পক শাৎলিবা নোবাব মপাল,
তঙাং তঙাং লৈশাৎ তল্লিবা কুবাও মপাল,
যেংবগী পেনবা নাইদে মহৌশাগী খুৎশেম।
উবোকশিংনা লবুক্তা পুমঙৌ ঙৌনা চাক্তাবি,
ঙানু থঙ্গোংশিংনা পূংবা পূংবা পাইবি,
চুমথাঙনা মচু তবেৎ ফুদোঙনদুনা খল্লি,
মযামসি ব্রাখলদা চিংশিন্দুনা যেংবীযু।
তাউবা হূযনা লাক্ল লাক্ল খোংলবসু,
অহীংদু তাশিন্নকনু নাখোক্লুনা তুম্বীযু,
চাদবগী পূক্লু লাম্বনা খোংলক্লবসু
ঈশিংদি লৈদনা মদু পেন্না থকচিল্লু।
অঙ্গংবা ফাওবক্লবদি নীংথমথানি,
অশাবা ফাওবক্লগনা ওলাংথানি,
ওমচাক্লবগনা নোংখী নোংমংবনি,
থাবল ফবগনা খঙঙ্ক থানিলনি।
থেঙলবা অহীংনা ঈচীক হুল্লকপদা
থোংনাও লোইনা হাংদোকপীযু,
ফমুংদা লোংথ্রাক লোংনা হিপ্পীযু,
অদুগা মঙ মঙবীযু কবি ওইবীযু।

# পুন্সিসে অমুক্তং চৎপা খোঙচৎনি

ঐনা পি তাখিবশিংদু হঙ্গৎনা যেংলুববদি
মদুনা ঐবু মতম পূন্নমক্তা নোকহল্লবে,
ঐনা নোকখিবশিংদু হঙ্গৎনা যেংলুববদি
মদুনা ঐবু মতম পূন্নমক্তা কপহল্লবে।
ঐ মতম খঙহন্বা ঘবী অমদি ওইদবা যাই,
অদুবু ঐগী থম্মোযসিদি ঘবী অমগুম্বনি,
মদুনা পূং ২৪ চুপ্পা নঙবু খন্দুনা লৈবিবা।
ঐখোযনা হেক তূমথবগা মঙ মঙবা হৌই,
অদুবু লাইসে তশেংনা যাম্না শিংই,
মানা ঐখোযবু নুমিৎ খুদিং হৌগৎহল্লি,
অদুগা ঐখোযদা খুদোংচাবা কয়া পীবী।
মদুনা ঐখোযগী মঙদু মঙফাওনহল্লি,
মতম পূন্নমক্তা মঙফাওনবা ঙমহন্বীসনু,
অফবা মঙফাওনবা ঙন্বা পুন্সি ওইবীযু
অফবা অযুক্কী যাইফ পাউজেল পীজবি।
পুন্সিসে অমুক্তং চৎপা খোঙচৎনি,
ঙসিগী মিৎকুপসিনা হযেংগী নীংশিংবা ওনখি,
অৱা নুংঙাই অফ ফত্ত পূন্নমক থেংনবা ঙমউ,
মবমদি পুন্সি অসিমক খূদোলপোৎ অমনি।
নোংমদোন হোগাযবগা নুমিৎ মঙাল হৈথবকপগুম,
লাইনা নোংমদোন হাংদোক্লগা নথক্তা হৈথবক্লসনু
নুংশিবা অমদি হবাও নুংঙাইবা মযাম অমা,
নহাক্কী নুমিত্তু ৱাহন্দোক্লা থনবা অমা ওইবসনু।

# অয়ুক্সিদি মপৃ মাবু নীংজবগী মতম্নি

মহৈ মশিংগী মবেম্মনা শীংজাখোম্বী,
শা লানগী লাইবেম্বীনা পাম্বোইবী,
পূক্কে লনগৈগীনা ইমোইনু ফৌওইবী,
মখোযশিংসিনা নহাকপু যৌজাম্বীসনু।
খ্বাইদগী অহেনবা লৌশিং পীসনু,
খ্বাইদগী হেনবা হকচাং ফবা পীসনু,
খ্বাইদগী হেনবা পাঙ্গল পীসনু,
খ্বাইদগী যাম্না লন থুম পীসনু।
নহাক্কী পুন্সিচুপ্পা থেংনগদবা নুমিৎশিং
থুম নম্বা যেঙ্গাংগুম্বা মহাও লৈসনু,
মনম নুংশিববা মক মবাং থাকসনু,
মহাউ লৈনবা মোবোকসু থাকসনু।
অঙৈংবদা লুন্নু শাবা নুংশা যাইবা ফংসনু,
নুংশা খাঙবদনা অঙৈংবা উকম ফংসনু,
হৈকোন লৈকোন্দা চেন্দুনা শান্নবা ফংসনু,
শন্না হাযববদা মহাওলৈবা পুন্সি অমা ওইবীযু।
পুন্সিসে চৎলু অদুগা নুংঙাইনা হিংউ,
মযামগা মান্নদবা খেন্নবা অমা শেমউ,
কনাগুম্বা অমগী থম্মোযদা থেংউ,
কনাগুম্বা অমগী পূক্নীং যৌগৎলু।
কনাগুম্বা অমগী থৱায হবাওহল্লু,
অদুগা নুমিত্তু হবাও তযাম্না লেল্লু,
মদু অযুক খৃদিংগী হন্না হন্না তৌ,
অযুক্সিদি মপৃ মাবু নীংজবগী মতম্নি।

যাইফ পাউজেল

# ঐ নঙবু উদবদা য়াম্না ব্রায়

ঐখোযগী খুবক্সে হাঙনা শেন্বীবস্মী,
মদু অতোপ্পগী খুৎ লোনসিনবা যানবনি,
নহাক্কী নুংশিবগী খোযথুম্ববা খৃত্তুনা
নহাক্কী খুবক্তা লোনশিন্দুনা লৈনবনি।
মক্প ! ঐনা খমথেংনা ঈঙলবদি
নঙগী নখৃত্তুনা ঐবু কোনবীবা মথৌ তাই,
নঙোন্দগী ফোঙ ফোঙ শাবদু লৌনবা,
মক্প ! ঐ নঙবু উদবদা যাম্না ব্রায।
অমনবা কোল্লিক অহনবা ওম্লোকপা যাই,
অমূক হন্না হৈদোক্লগা শেমদোকপা যাই,
অদুবু অশেংবা মক্প্তি শিন্দোকপা যাদে,
মসিসু নহাক্কুম অঙকপা পোৎ অমনি।
নুমিৎ তাখিবা খৃদিংমক্লা পুন্সিসে তেনশিলহল্লি,
ঐখোযনা হিংগদবা মতমসে নোংমা নোংমা,
অদুগা নুমিৎ থোকপা খৃদিংনা হেনগৎহল্লি,
ঐখোযনা হিংবগী পান্দমদু নোংমা নোংমা।
ঐনা অদুক্কী মতিক নুংশিজবা মক্প অমা লৈ,
যাম্না শেংবা অদুগুম্বা মক্পু নহাক্লি,
ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা নঙবু পীবীবকই,
অদুনা ঐ কবিসু অৱাবা ফাওববোই।
মতম পুম্নমক্তা ঐনা হংই, ''নহাক কবম তৌবি ?''
থম্মোযনা খুম্নকই, ''ঐনা নঙবু চেকশিন্না শেন্নবি।''
ঐনা অমুক হংই, ''ঐ যাওদনা নহাক নুংঙাইবিববা ?''
শোল্লাংননা হাযবা তায,''ঐনা নঙবু উদবদা যম্না ব্রায।''

যাইফ পাউজেল

# নহাকসু মোমোন নোক্লো

মায পাকপনা নহাকপু মঙাল থোকহল্লি,
অদুগা ঈশ্বরনা নহাকপু চৎহল্লি,
নঙবু মতম পূম্নমক্তা নীংশিংহল্লি,
নহাকপু ঐগী মহুপ ওইহল্লি।
মালেমসিদা খুৎহৈবা হাযবদু লৈবমদ্রবদি
ঙসিগী মহুপকুম্বা অঙকপশিংসি লৈবম্লোই,
খুৎহৈবশিংনা ঙক্ল ঙক্লবা পোৎশিং পুথোকই,
অঙকপনি ঐগীদমকসু মহুপ নঙ শেম্বীবমই।
নহাক্লা অহাউবা চাবদা ঐ যাওদবা যাই,
নহাক্লা লৈ মনম নম্বদসু ঐ যাওদবা যাই,
নহাক্লা থা যেংবদসু ঐ যাওদবা যাই,
অদুবু খুকুম্বদদি ঐবু কাউথোকপীগনু।
মোমোন নোকপা হাযবসে
মী পূম্নমক্লা খঙবা লোল অমনি,
মোমোন নোকপা মমল তিংদে
অদুবু মসিগী মপাঙ্গলদি যাম্না কল্লি।
মসি ঙাইহক্তংদা থোকখিবা ওইববসু
মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈহল্লি,
মোমোন নোকপনা মাযথোঙ ফজহল্লি,
মোমোন নোকপনা মীদু মপৃং ফাহল্লি।
ঙসিদি নহাক শোযদনা ফংলমগনি,
মোমোন মিনোক মযাম অমা,
ঐঙোন্দগী অমসু সিদা লৈবে,
নহাকসু মোমোন নোক্লো।

যাইফ পাউজেল

# ফজবা হায়বসিদি নুংশিনা উবদুনি

পুন্সি অসিদগী লোইনা ফংগনি নীংগনু
মবমদি ফংবা ঙমদ্রগা থস্মোয শোকই,
ফংগনি থাজকদবদা ফংবা ঙম্লবদি
মদুদা অঙকপা ফংনা নুংঙাইগনি।
মরূপ্না হায, 'ঐবু কাউথোকপীগনু'
শেলনা হায, 'ঐবু ঙম্বমখৈ তানশিনবীযু'
মতম্না হায, 'ঐবু চেকশিন্না শীজিন্নবীযু'
মহৈনা হায, 'ঐবু ঙম্বমখৈ হৈজিনবীযু।
মদুদা মীওইবগী পুন্সিনা নোক্লদুনা খুমই,
''লৈবিবা থাক্লগীদমক্তদি যাবে !
খবা ফগৎকে হাযববদি খবা ব্রাৎলি !
খ্বাইদগী ফগে হাযববদি খবগা হোৎনখো !''
ডাক্তর ওইদুনা পুন্সি কনবা যাই,
উকিল ওইদুনা পুন্সিবু ঙাকপা যাই,
লাম্মী ওইদুনা লৈবাকপু কনবা যাই,
হীবম খুদিং লোইনা খঙবা যাই।
খোযথুম্লবা অশেংবা মরূপ অমা
মালেমসিদা থিবদা তাঙনা ফংই,
ফজত্রবা থস্মোযগী মরূপ অদো
কৈদৌনুংদা থস্মোযদগী মাঙহনগনু।
ঙাকপিবনা লমন খুম্বদগী হেন্না ফৈ,
চুম্না হৌখিবা থবক ইনাক খুল্লি,
খুৎহৈবদি পুক্নীংগী মমিদু পুথোকপনি,
ফজবা হাযবসিদি মীৎনা নুংশিনা উবদুনি।

মাইফ পাউজেল

## নোংমৈ পায়বা তোক্লশি

ঐগী বাবা লৈবন্নবদি ঐ অসুক ৱাজবগ্নোই,
ঐবু নুংশিনা চুপ্পীবগা লাইবিক তাকপীগনি,
ইখুং শঙ্বীদুনা লীলা যেংবা পুবীগনি,
অদুদগী শান্নবা নোংমৈসু লৈবীবক্কনি।

হৃম নোংমৈদি শুংলৈ লৈবক্রোই,
নোংমৈ কাপ্পবদনি বাবানা শিন্ত্রিবসে,
মীগীদি বাবা কৌনবা লৈবি,
ঐগীদি কনাদা বাবা কৌকনি ?

ইপাবু কনানা শিহনখি হাযববদি
নোংমৈ ! নোংমৈনা পান্দুনা শিহনখি,
নোংমৈদি মী হাৎলি, মী শোকহল্লি,
মীওইবা ফৃকপকী মাঙনবা কযা তৌই।

ঐ মপা লৈত্রবা মচা হাযবদু ওইবে,
ইমান্নবনা 'নপা অশিবদো' হাযবকপদা
ঐনা কপ্পুনা হল্লকখিবদো কাউর্দাব,
ঐগী বাবা হাৎখিবদো নোংমৈননি।

নোংমৈ পাযবা শান্নবা সুকযা য়ানীংদ্রে ঐ,
নোংমৈ মাঙহনখিগদবনি শীজিন্নবোইদবনি,
নোংমৈবু লৈববদি শোযদনা মী হাৎলক্কনি,
নোংমৈ পাযবা হাযবদো পুমতোক তোক্লশি।

যাইফ পাউজেল

# নীংশীংহল্লে নঙনা সর্মিলা

ইমাগী মীৎলূদা ঈগী পিবাং শীঙ্গবি,
ইমাগী লাইবক্তা ঈগী চন্দন থিল্লি,
ইমাগী ফিজোলদা ঈনা পূমলূপ লূপ্লি,
ইমাগী থম্মোযদা ঈনা মৈচাক্লবি ।
ইমাগী পুম্সিদা ঈগী মীকপ্পা কপলি,
ইমাগী লবুক্তা ঈগী নোং চুবি,
ইমাগী ফিজোল ঈতনা শঙলে,
ইমাগী লম্বীদা ঈগী খোঙ্গুল তাবি।
ঈনা তুবেল চেনশ্রবসু,
ঈ কৎপা লেপ্পবোই,
ঈগী খোঙ্গুল তাহৌর্বনি
ঈগী খোঙ্গুল লীনহৌনবা।
অৱাং নোংপোক্কী জযমতী,
কনকলতা, মুলাগাভরু,
ভাবতকী ঝান্সীবাণী, ফুলন দেবী,
সবোজিনী, কস্তুববা, অমলপ্রভা,
মালেমগী মাডব তেবেসা,
মযামসে নীংশীংহল্লে নঙনা সর্মিলা,
ইমাগী ইন্নফি ঈতনা ঙাঙলে,
ইমাগী খ্বাংচেৎ ঈতনা লূপলে।
কংলৈপাক্কী পান্থোইবী, ফৌওইবী, খোইবী,
লিম্থোইঙম্বী, তাংজখোম্বী, থম্বালনু,
তোংগৌ, বজনী, সবী, বাণী গাইদেনলু,
নীংশীংহল্লে নঙনা সর্মিলা।

যাইফ পাউজেল

# মরৈবাক নীংবা নীংবীশিংগী ঈনি

ববিন্দ্রনাথকী ‘জন গন মন’
বঙ্কিমচন্দ্রগী ‘বন্দে মাতবম’
লাল বহাদুবগী ‘জয় জৱান জয় কিসান’
ইবৈবাক্কী ঈশে শকমিন্নহৌই।
ভাবত নীংতম নুমিত্তুদা
তাখিবনি ভাবত মচাশিংগীসু ঈ,
মীযামগী যাকাযবোল শকমিন্নখিবনি,
লাইশোল অমত্তা শোনমীন্নবনি।
বাপুজিগী ঈ,
ইবাবতকী ঈ,
তিকেন্দ্রজিৎকী ঈ,
পাউনাগী ঈ ।
থাঙ্গালগী ঈ,
চীংলেনসনাগী ঈ,
নেতাজিগী ঈ,
সমবেন্দ্রগী ঈ ।
মনোবমাগী ঈ
সবোজিনি নাইদুগী ঈ,
ববীন্দ্রনাথকী ঈ,
ডা কমলগী ঈ ।
খোংজোম লানগী ঈ,
নুপী লানগী ঈ,
ইবোম চনু শর্মিলাগী ঈ,
মবৈবাক নীংবা নীংবীশিংগী ঈনি।

# ইরৈবাক্তা পোক্মিন্নশি

ইবৈবাক্তা পোক্মিন্নশি,
ইবৈবাক্তা শিমিন্নশি,
ইবৈবাক্তা শান্নমিন্নশি,
ইবৈবাক্তা হবাওমিন্নশি।
ইবৈবাক্তা চামিন্নশি,
ইবৈবাক্তা থকমিন্নশি.
ইবৈবাক্তা নুংঙাইমিন্নশি,
ইবৈবাক্তা ৱামিন্নশি।
ইবৈবাক্তা নোকমিন্নশি,
ইবৈবাক্তা কপমিন্নশি,
মালেমসে ইবৈবাক্কি,
অমত্তা ওইবা ইবৈবাক্কি।
ইবৈবাক নীংবা ঈশৈ শকমিন্নশি,
ইবৈবাক্কী যাইফ ফিবাল পাযমিন্নশি,
কপহল্লোইশি ইবৈবাক মালেমসি।
ঈশৈগী খোঞ্জেলনা থম্মোয পেলহনবগুম
অযেকপা লাইনা থম্মোয হূবগুম
শৈবেংনা থম্মোয শোকহনবগুম
মবৈবাক নীংবশিং কৎথোক্লে মপুন্সি।
মালেম শীন্না নুংশিনবা,
মালেম শীন্না যাইফমিন্নবা,
মালেম পূম্নগী শিম্না পাঙথোকমিন্নবা
মবৈবাক নীংবা নীংবীশিংগী ঈনি।

যাইফ পাউজেল

# অঙাং নাব্রাগী ব্রাকৎ

হৈবাং লোঙ্গানবী লৈবাং লোঙ্গিন্নবী
ইমা নঙগী খোযজিখাদা মিতম্লুবা
অবোনবা পম্ভৌগী নচা ওইজকব্বা
হুন্দোকপিবে ঐবু নাবক মোংশোঙদা।
পলেম ইমা নঙগী পীবুক্লুংদগী
তাইবঙ মীকপ থোকচবকপা
হুংঙা খোঞ্জেল তমজবকপা
লংশেকপীবেদো মিনুংশি যাওদনা।
পলেম নঙগী খোন্নাংতবু
খৌবোম থন্না থকচদুনা
শমু পাঙ্গল শাগৎচগে খন
লাকচখিবনি ঐ নচা ওইনা।
পম্ভৌগী শযেং পান্নোম ওইজকগে
পলেমগী মীৎকী মণি ওইজকগে খন
আশা চাউনা লাকচখিবনি,
লংশেকপীবেদো নচাবুদি লোন্না।
নব্রা ওইবা ঐগী কবি ইবালনো ?
পম্ভৌগী পাযমনা মীবাযবীববসু
পলেম ইমা নঙমক্লুদি কবিগী ?
তাইবঙগী মিনোক কিবগীবা ?
অদুবুনে পলেম হন্দক্কী মপোকসিদদি
পম্ভৌগী লোঙ্গা হৈক্বনা মিতন্নবসু
মথঙ্গী মপোক লাংওন অমদদি
ওইবীনু থা তবাখক্কী পলেম পম্ভৌ।

# অশোয়বশিংগী ফল

কবিগুম্বদা সাইন্তিষ্ট অমনা শোযববা
মদু অনৌবা পোৎ পুখোকপনি হায়,
কবিগুম্বদা ইঞ্জিনিযাব অমনা শোযববা
মদু অনৌবা চাংযেংনি হায।
কবিগুম্বদা লৈঙাক্লোয অমনা শোযববা
মদু অনৌবা চৎনবী লোনি হায,
কবিগুম্বদা ওঝা অমনা শোযববা
মদু অনৌবা থিওবিনি হায়।
কবিগুম্বদা শমককপা অমনা শোযববা
মদু অনৌবা শমগী খুককনি হায,
কবিগুম্বদা ড্রাইভব অমনা শোযববা
মদু অনৌবা লম্বীনি হায।
কবিগুম্বদা মপূ অমনা শোযববা
মদু অনৌবা -াখল্লোননি হায।
কবিগুম্বদা লাইযেকপা অমনা শোযববা
মদু অনৌবা মোর্দন আর্তনি হায,
কবিগুম্বদা শৈশকপা অমনা শোযববা
মদু অনৌবা মহাওনি হায।
কবিগুম্বদা অইবা অমনা শোযববা
মদু অনৌবা চাংযেংনি হায,
কবিগুম্বদা মচানুপা অমনা শোযববা
মদু মহৌশাগী মহৌশানি হায।
কবিগুম্বদা কর্মচাবী অমনা শোযববা
মদু অশেংবা অশোযবনি হায।

যাইফ পাউজেল

# পুক্নীংনা হকচাংসি মমায় চুমই

মীওইবগী ফনবা খন্বা পুন্সিদু মতিক চাববনি,
পুক্নীংনা হকচাং অসি মমায চুমই,
মহাক্কুনা মপূক্নীং অদু ব্রাবকপা ঙল্লবদি,
মহাক মালেমদা অথোইবা মী ওইবে।
খুদোংথীবা থেংনবা ঙল্লবকান্দা মায পাকই,
খাঙবা কন্বা হাযর্বসি লৈ মখল অমগুম্বনি,
মসিগী লৈখলসি মীপুম খুদিংগী লৈকোন্দা হৌদে,
লঙজবকপা মবাল ঙাকপীবনা অথোইবনি।
মী অমনা অমুক্তং ফত্তবা তৌরুবর্বদি
অফবা মীংচৎতু মীদুদগী মখোঙ পান্দুনা চৎখি,
পোক্লকপদা মীওইবা নীংতম্লকই,
অদুবু অসুম অসুম থৌবী থুজিল্লকই।
ওজা লৈজদবা মীদু মতমনা তম্বীবকই,
মপা অমনা ওজা চামদগী ফবা হেল্লি,
বিজ্ঞান যাওদবা লাইনীংলম্বী মমিৎ তাঙই,
লাইনীংলম্বী যাওদবা বিজ্ঞান মনা পঙই।
নঙগী থম্মোয অপাম্বনা লমজিং ওইহল্লু,
অবাম খৌবাংবনা নশামক মায পাকহল্লু,
থবক শুদবা হাযবসে পোত্থাবা নত্তে,
থবক শুদবা পক্নীংদি অব্রাবনা থল্লি,
মথৌ তাবনা পোৎ পুথোকহল্লি,
তঙাই ফদ্রবদি চৎনবী চঙদে।

যাইফ পাউজেল

# মৈ তিক্রৈ 'দুবু মৈদুনা চাক্লবদি শি

অনাবা মীগী খ্বাইদগী মকওইবা হিদাক্তি
পুক্লীং হস্নদবা ৱাখল নুংঙাইহন্বা হাযবসিনি,
মদুনা হিদাক চাবদগীসু হেন্না কান্নে।
ৱাবকপদা হাযনৈ, ''নঙ মী ওইববোই।''
পাওতাক পীনৈ, ''মী ওইনবা হোংনৌ।''
হাযনৈ, ''পূম্নমক্তগী হেন্বা মীদি লাইপোক্লি।''
হিংবদা শা ঙা মনা মশিংগী মতেং চঙই,
ঐখোযনা শেম্বা ঙম্লোইদবা পোংশিংদু
ঐখোযনা মাঙহন তাহন্বগী হক লৈতে।
তিংখং অমনা তিংখং অমা হল্লি,
তিংখং অদো হন্বা লোইববা মতুংদদি
তিংখং অনীমক লংশেকখিবা তাবনি।
অশোম্বনা অকম্বগী মাযোক্তা হৌবা লানসি
অবোম্বা অকম্বা লালহৌ ওইগল্লি,
অচুম্বদা যুম্ফম ওইবনিনা মায পাক্কল্লি।
খুৎলায পাযবগা যেক্লবা খেংনবা ঙম্লোই,
লৌশিংবু লৈববা লাইবিকপু হৈববদি,
যেক্লবদগী খুৎলায পুমহেল হেল্লবনি।
ইকাইবা নংলবা মীগী মফমদদি
পাইবক্কী লৌশিং হাযবসে শিদহিদাক্লি,
কুচু মুবিবসিগী মবমদি ঙৌদদনা তৌবিবনি।
উন তাবা নিংথমথাদা
অঙ্গংবা কোক্লবা মৈ তিক্রৈ,
অদুবু মৈদুনা চাক্লবদি শি।

যাইফ পাউজেল

## ৱাহৈগী মতীক ময়াই !

ৱাহঙ্গোক ফজবা ৱাহৈদি থুমই,
পূক্লীংগী অমম্বা কোকহম্বা ঙমই,
ৱাহৈগী অথুম্বদি মতম শাংনা চৎলি,
ৱাহৈ হাযবসি মপাঙ্গল যাম্মা লৈ।
ৱাহৈনা অকুবা পাউখোঙ ফোঙই,
মঙাল পীদুনা লম্বী তাকপা ঙমই,
নাউশুম ঈশৈনা অঙাং শুম্বা ঙমই,
ফজবা ৱাহৈনা অহন শুম্বা ঙমই।
এ'তে ! থাঙদগী হেন্না মযা থৌই,
মীদুনা ইকায খুম্নবীবা পান্নবদি
মীদুদা হান্না ইকায খম্নবা উংলু,
অদু ওইববদি নওবু ইকায খুম্নবীবগনি।
চিনিগী অথুম্বদি চিম্বান্দা কুইনা লৈতে,
ৱাহৈগী অথুম্বদি মতম শাংনা চৎলি,
হকচাংদা শোকখিবদি লাযনা ফহম্বা ঙমই,
থম্মোযদা শোকখিবদি মতম চঙই।
খুন্নাইগী লোলদি খুন্নাইদুবু ফাজিন্নবা থৌবানি,
চাউখৎনবগী চঙদ্রবা যাদ্রবা খুৎলাযনি,
ৱাহঙ্গোক ফজবা ৱাহৈদি থুমই,
পক্লীংগী অমম্বা কোকহম্বা ঙমই।
ৱাঙাঙ শাঙাঙ ফজবগস্মু ফজৈ,
ৱাহৈ হাযবসে মপাঙ্গল যাম্মা লৈ,
ৱাহৈনা অকুবা পাউখোঙ ফোঙই,
মঙাল পীদুনা লম্বী তাকপা ঙমই।

যাইফ পাউজেল

# ৱাহৈগী মপাঙ্গল

ৱাহৈ ! মালেমদা অঙকপা পোৎ অমনি,
লৈজে অকনবা মপাঙ্গল ৱাহৈগী,
লৈজে মপাঙ্গল অফ ফত্ত অনীমক্তা,
ৱাহৈগী মহাও খোইহীগুম্নসু থুমই।
ৱাহৈনা মী অমবু মবাইবক ফহনবসু ঙমই,
ৱাহৈনা থৌজাল পীদুনা ফহনবসু ঙমই,
ৱাহৈনা মী অমদা চৈনা পীহনবসু ঙমই,
ৱাহৈনা থাঙনা যানবগুম যানবসু ঙমই।
বাহৈনা বোমগুম পোকখাযহনবসু যাই,
ৱাহৈনা লৈবাক অমা কাযহন্নসু যাই,
ৱাহৈ মীনা পুখোকপা অঙকপা পোৎ অমনি,
অদুনা ৱাহৈ শীতিল্লবদা চেকাশনবা মথৌ তাই।
মতম গাৎবসি পৈশানি, ৱাহৈস্ পৈশানি,
অবানবা ৱাহৈনা তাঙখ্রবা মতম মাঙহল্লি,
অবানবা ৱাহৈনা অবেস্নদা শেল মাঙহল্লি,
অবানবা ৱাহৈনা নুংশি মবী থদৎহল্লি।
অবানবা ৱাহৈনা পবিক্কাদা ফেল ওইহল্লি,
অবানবা ৱাহৈনা মীগী থম্মোয কাযহল্লি,
থৌজালগী ৱাহৈনা মতমশাংনা নুংঙাইহল্লি,
শুক্তোকপা মীৎযেংগী ৱাহৈনা ঈবাক্লহল্লি।
মোমোন্নবা ৱাহৈনা কৎখোকপা ঙমহল্লি,
অচুম্বা তৌবনা হোৎনজমন মহৈ চাহল্লি,
ফজবা ৱাখলনা মালেমসি লাকই,
মৈবেবু যেৎনববা লোইবা নাইববোই।

যাইফ পাউজেল

# কংলৈপাক মনিপুর !

কনশি চীঙু লাইগী খুম্ভোক লম,
খোযুম লাইগী শাইওন লম,
কৌব্রু চীংগী চীংদোন্দা
কৌব্রুনা অহান্বা খুন্তা লম ।

কাউগনুশি নোংমাই চীংগী চীংদোন্দা
নোংপোক নিংথৌনা ঙাম্ভোইবা লম,
কৌব্রু চীংদোন্না লেম্ফু ওইবা
কংলানা খোযদৌ ওইবা লম ।

যোকখংশি লাইনা শেম্বা লমদম,
লোক্তাক্না মীংযেংফম ওইবা লম,
হবাবা নোংথাং লৈম অনীগী
কুম্মৈশঙ ওইবা লাইবৈবাক্নি ।

চীঙু লোযাবাকপা মানা
লোইজিং লোযা ঙাক্লগা,
কৌব্রু মার্জিং থাংজিং ৱাঙব্রেন্না
মাযকৈ মবী ঙাক্লিবা লমদম্নি ।

নীংশিংশি নোংদ্রেন লাইবেল পাখংবনা
কংলা মেন্দা তোংবা লম্নি,
ৱাংব্রেন্না লমগী পনখৈ ঙাক্লগা,
সনামহিনা যুমথোঙ খূদিং শেম্বা লম্নি ।

যাইফ পাউজেল

# খুরুমজরি ইমা পোক্লফম নঙবু

নুংশিবা মফম থিবদা চৎলুবে লাপ্না
অদুবুনে ইমা লৈবমদবে নঙগুম্বী !
কবি শুক্ষৎযাইনো ইমা নঙনা পীবিবা
কবি মনুংশিনো ইমা নঙনা ফংহল্লিবা ?
লোইবী চীঙদা যেংলে মনুংশি,
তম্পাক লমদা যেংলে মনুংশি,
কবি মনুংশিনো অঙকপা ঈথিলনি !
নঙ্গী হাযবা পূন্নমক্তা নুংশিবগী মহাও হাপ্লিবা !
লাইজনুংদগী ফাওগৎলকপা চীংদোর্নশিংনা
থম্বাল লৈনাগুম পল্লোন কোযবিবী নীংথিবী,
চীংদোন খৃদিং খোযুম লাইগী খুভম লৈবিবী,
হৌফমসু ইবৈবাক্লি লোইফমসু ইবৈবাক্লি ।
তুবেল খৃদিং অশেংবা মফম ওইবা লম্নিদো,
লোইবী চীঙনা পল্লোন কোযবা লম,
পূক্লীং হূনা নিঙথীবা শক্তম্নি ইবৈবাক্লী,
ইবৈবাক্মুক নুংশিবা অমা লৈবমদবে ।
কৌবি চীঙদোনশিংসিনা খুৎলাম তোযনা
ঙাইবি ঐখোযবু মনাক্তা লাক্লুবা,
শিবোই লিলিগী মপাও হংলুশি,
জুকো তম্পাকসু চক্তুনা উন্নকসি ।
পাম্হোইবীগী শাইওন লম
ফৌওইবীগী খুম্হোক লম,
সলাই তবেৎনা খুন্তা লৈতা লম
খুকমজবি ইমা পোক্লফম নঙবু ।

যাইফ পাউজেল

# নীংতম্বগী ৱাখল্লোন পূন্নমক্না পামই

ইমা ! নঙবু নুংশিজবা মচা মযাম অমা,
ঐনা ঐনা নুংশিবনা হেল্লি হাযদুনা
ইমা ! নঙগী নুংশিবগী যাইবু মুন্নববে,
অঙম তান্নববে, খূৎলায পাযদুনা হাত্তোক্নববে ।
মীওইবা ওইনা পোক্লগা তাইবঙপান্দা
কনা লৈবগে মবৈবাক নুংশিদবা ?
মবৈবাক নীংবা নুংশিবা ঙাক্তনি,
খূৎনুংশি মওঙ মান্নদবগী ৱাতনি।
আলেকজেন্দাব পুরুগী ৱাবীদগী হৌবগা
গান্ধী, সুভাস, ভগৎসিং, ক্ষুদিবাম
থাঙ্গাল, টিকেন্দ্র, পাওনা, চীংলেন
যামখ্রে যামখ্রে থাবগী লোইবা নাইবোই ।
নীংতম্বা ঙাক্নবগীদমক্তা মপুন্সি কথোকখি
ইবৈবাক নীঙবগী ঈহৌ হৌখি,
কবিদগী ? ইবৈবাক নঙবু নুংশিবদগী
ইবৈবাক ইবমদম্বু ঐগী ঐগী ওইনীংবদগী ।
ইবৈবাক নুংশিবগী লোইনাইদ্রবা ঈচেল
ঙাসিসু চেল্লি মীওইবগী শিংলিদা,
নুংশিবা মবৈবাক্কী নীংতম্নবা হোৎনবদি
মীওইবগী পোকপদগী লোযনবক্নবা হক্নি ।
নীংতম্বদি থৱাযবু নুংঙাইহল্লিবা ৱাহৈদুনি
হিংলিবা খূদিংমক মনীংতম্না হিংজনীংই,
মীখা পোন্না মীৎকুপ অমত্তা লৈজনীংদে
নীংতম্বগী ৱাখল্লোন পূন্নমক্না পামই ।

# ঈগী হৌফম্নি ইরৈবাক !

চেৎনা চান্না যোকপিবকই মালেম ইমানা
মথানুংদা চেৎনা কোম্বীবকই নুংশিনা
চীঙগী তমগী ইচিল ইনাও অনীমক
লৈমীন্নবম্মী ইমুঙ অমত্তা ওইনা ।

চীংদগী চেপ্থবকপা ঈচেলনা ইমাগী খোন্নাংনি
খোন্নাংসে থক্কুনা হিংলি ঐখোয,
পাক্লবা লবুক লমহাংনা ইবৈবাক্কী লনগৈনি,
মদু কাযখোক্কুনা চাবিবনি নচাশিংনা ।

চেলহল্লশি লাও ইচিন ইনাও ওইবগী
অমত্তা ওইবা নুংশিবগী ঈচেল,
তমগী খোঞ্জেল চীঙদা খোঙ্থাং যৈহল্লশি,
নুংশিবা খোম্থাংনা পুর্মনিল নিলহল্লশি ।

চীংনা কোযনা শম্বল খাদুনা লৈবি,
লমন তোল্লি পোক্লফম ঈমাগী
তাংলিবনি লৌবিবনি চাবিবনি,
ল্লাযখু মচাশিংনা মমা চাখোকপগুম ।

ইবৈবাক্কী লৈকোল নীংথীবা লৈখল শুবি,
ইমা ইপাগীসু হৌফম্নি ইবৈবাক,
ইপু ইবেনগীসু পোকফম শাৎফক্তি,
ঈগী হৌফম্নি ইবৈবাক !

মাইফ পাউজেল

# মরৈবাক নুংশিবগী শৈশক্লা য়াকায়নৈ

চীঙখোং চীঙযা উবে থম্মোয শুক্ষৎলি,
লৌযা তমযা উবে নচাগী পূক্লীং নুংওল্লি.
পোম্বী চেক্লাগী খোঞ্জেল তাবে মনুংশি,
সিদগী হেন্না নুংশিবা কদাযদা লৈবিগবা ?

ঐগী ইবৈকাই এশিযাবুসু নুংশি
ঐগী ইবৈবাক ওইবা মালেমসিবুসু নুংশি,
ইবৈবাক্কী ঈশিং নুংশিৎনা থৱায হিংহল্লি
মহৈ মবোংনা তবা চীনদম পী ।

ইবৈবাক্কী পোৎচাক্লা ঐখোয হিংলি
মসিদবু কবিগী নুংশিবোই ইবৈবাকপূ ?
মসিনা ওইবতাই ঐনা নুংশিকজবিবা !
অসুক্কী মতিক ঐনা নীংজকবিবা ।

মবৈবাক্লা মীখা পোম্বগী খল্লুবদা
মপি তাদবা নচা কনা লৈবগে ইমা ?
থৱায কৎথোকপা ঙমদবা কনা লৈ ?
মসিনা ওইবতাই ইমা লান শোক্লবিবা ?

চীংবু যেংনা শৈথাবদা পি তানৈ,
তম্বু যেংনা শৈশকপদা থম্মোয নৌথনৈ,
মীওইবগী শৈথা শৈশক মবোন্দা
মবৈবাক নুংশিবগী শৈশক্লা যাকাযনৈ।

যাইফ পাউজেল

# হে লাই ! নঙ ৱারমগনি

হে লাই ! নঙ শক লোৎলম্বা ফৈ,
নঙনা কবিগুম্বা নশক লোৎলমদ্রবা
নঙ ৱাকৎ তাবদা ওম্বোক্লা ৱাবমগনি !
মী চাম্ম চাম্মগী ৱাকৎ চাম্মা চাম্মা।
মফম মবাং সুকখঙ খঙলম্লোই,
ৱাকৎচে মযামদুনা চীংগুম পৈবমগনি,
কোযলোৎ লোত্তুনা খাঙলমগনি নঙ,
থল্লমগনি নঙবু উন্নবা লাকপা মীনা।
খবনা হাযগনি নোং চুহম্বীযু,
খবনা হাযগনি নোং হাংহনবীযু,
কনাগী ৱানো নঙনা লৌগদবা ?
হে লাই নঙ ওম্বোক্লা ৱাবমগনি ?
অফবগীসু ফত্তবগীসু ৱাকৎলক্কনি,
অচুম্বগীসু চুমদবগীসু লোইনা নঙোন্দনি,
নঙসে কবিগুম্বা নশক উনবা যাবল্লবা
ৱানোম্বা লাকপনা অঙকপা ওইবমগনি।
হে লাই নঙসে ওম্বোক্লা হৈকো,
লৈদনা নুংশিবা মনম চেলহল্লি,
চুদনা অথুম্বা মহী যাওহল্লি,
নোংমাংখাদনা মহাও খাহল্লি।
অদুননি নঙনা নশক লোৎলিবা
মীপুম খূদিংগা উনবা যাহন্দ্রবা
অদুননি কৌনবিবা নঙবু নোংদম্বা,
মালেমসিবু শেম্বীবিবা হে লাই।

**যাইফ পাউজেল**

# লাই নঙদি উরিবা নৎত্রা ?

লাই নঙদি পুম্নমকসি উবিবা নৎত্রা,
হাৎপা তৃপ্পগী ঈনা লৌখোং চেল্লিবা
শিবিবা শোক্লিবা মযার্মসি খঙলিবা নৎত্রা,
নঙবু যেংবা ঙল্লিববা হে লাই ?
মপূবোযবা কাযনববী লুখ্রাশিং,
থম্মোযদা চৈনা ফংলবশিং অদুনা
লাউ খোংদুনা চৈনা খাঙলিবসি উদ্রববা,
মখোযগী মবাল কযাম লৈববগে ?
মচা শেৎনববী মমাশিং অদুনা
মথবাক্তা খুত্তুম্না শু ওন খোইদুনা
ব্রাকৎলিবসি নহাক তাদ্রববা,
কবিগী ঙকচাও থেক্লিবনো নঙ ?
নহাক্তি শাগৎপসু থুগাইবসু ঙম্বনি,
তৌবা ঙম্বনি হাযবিববা,
নর্হাক্তি লাইনি কবিসু নাচুংবিদে,
হে লাই পুম্নমক্কী মপূ ?
মালেমদা অচুম্বা পুবক্লবা
নহাক্লা লাংওল্লিবা নৎত্রা হে লাই,
ঈং তপ্পগী শাইওল্লিবা হে লাই ,
অদুগা কবিনো নঙনা তৌবিবসে ?
তাইবঙ শেম্বা মপূনি হাযবগা
মীগী ঈসে নহাক যাম্না খৌবাংববা,
লাই ওইবনিনা নঙ থম্মোয পান্দববা,
মী হাৎপসি তৌদ্রবা যাদবা থবক্লা ?

## মচাদা মপাগী পাউতাক

হৌগৎলো ইচাশা হৌগৎলো
চাক্কদৌবে লৈবাক্নে অৱাবগী মৈবিনা
থবক্কী লান্দা থবক কিববদি
কবম্না পুবক্কনি পুন্সিদা মায পাকপা ।

চা চন্দন পাম্বী অমা হৌবনা
উমং পুন্নমক মনম নুংশিহল্লি
উ লেপকং অমা হৌবনা
উমং পুন্বা মৈনা তুম্না চাকহল্লি ।

অফবা মচা অমা পোকপনা
মপা মমা লাইবৈবাক্তা যৌহল্লি,
ফত্তবা মচা অমা পোকপনা
মপা মমা লৈখা তানা থিংখে ।

কবিগী ফত্তবা থবক তৌদুনা
শিবা পান্নুবিবনো অনীবক অহুমলক ?
থৌজাম্বীগদবনি ইচাশা নখোযনা মখোযবু
কাবগী ঙাইগদৌবিবনো মখোযগী থৌজাল ?

হংগনু মানা কবি তৌবীবক্লবগে !
হংউ ঐনা কবি তৌফম থোকপগে !!
থবক শুবা নেকপা যাই
পুক লান্বা নেকপা যাদে ।

যাইফ পাউজেল

# থবক্কী মনুংদা ঐহাকপু থিবা ফংগনি

অপঙবা, অতনবা, হোৎনদবা
ইশাদগী লাপ্না চৎহনব্রশি,
কনানো লৈথোক্লিবা অবেন্নদা ফমদুনা
লৈবে ঙাইদুনা  থবক্কা ঐখোযবু ।

ইচাক ইবল পীবগে লৌজৌ হার্যাবি,
লৌবুক লমহাংদা ইবল তাদুনা লৈবি,
শুক্লবা চীংনুংদা ইচাক ইবল ৱাত্তনা পৈবি,
মাযকৈ খূদিং ঙাইদুনা লৈবে থবক্কা।

লেপ্পা মাযবোঙ যাগদবনি,
হুমাংনা মমল পীবগতা ফঙ্গদবনি,
চাক্লবা থম্মোয ইঙহল্লশি,
তিংলশি পাম্নোম মালেমগীদমক্তা।

হোৎনবনা অখোযবা লম্বী চুমথোকপা ঙম্মী,
যোকখৎলসি ঐখোযগী ইচা ইনাউ,
যৌফম থোকপা ইথৌ মশক খঙলশি,
মাযকৈ খূদিং লৈবে ঙাইদুনা থবক্কা।

নোংদম্বা ইবুংঙো মহাক্না হাযবি,
"“হে মীওইবা ! থবক্তা চোংশিল্লু,
লাইশঙদা ঐহাকপু থিবগনু,
থবক্কী মনুংদা ঐহাকপু থিবা ফংগনি।”

**যাইফ পাউজেল**

# নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা

পূন্নমক নঙগী ঙাক্তনিকো হে নীংতম্বা '
মবৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা
মবৈবাক নীংবা অথৌবা মচা কমানা
নোক্লা নোক্লা মীহাৎ সগাই কাখিবা।

নীংতম লালহৌদি লোইবা থম্বা নাইদে,
মবৈবাক নুংশিবগী পনখৈ লোম্বা লৈতে,
নীংতম্বগী শৈবেং শৈবোল লেপ্পা ঙমদে,
রাহৈগী লোঞ্জল ঈচেল লেপ্পা ঙমদ্রি ।

হূবাল্লবা পোত্ত্ব উৎলগা লোম্বসু লৈ,
নমথিবা মনম অদু নমনীংবসু লৈ,
খায হাযবা পোৎতু চানীংবসু লৈ,
যেংবা যাদবা পোত্ত্ব যেংনীংবসু লৈ।

কান্নদে খঙলবসু কপ্পগা পেনবসু যাওই,
তোংজদে খঙলবসু মাঙবদা নুংঙাইবসু যাওই,
নর্মাথ খঙলবসু কোৎলগা নমনীংবসু যাউই,
মসিদনি মৈবানবীনা মৈবীদা চোংশিল্লিবা।

যাইফ পাউজেল

# তায়োন্নবদা নুংঙাইবা

সমুদ্রগী ঈবাওখোন্দা ঈশৈ অমা যাওবি,
অশুকপা উমংদসু নুংঙাইবা অমা লৈবী,
ৰা ঙাঙদবা মহাক্কীসু অনীংবা অমা লৈবী,
অহাওবা পোৎ অদুদসু হূ অমা যাওবি।

থাবলনা ফজজবদা যেংনীংবা অমা যাওবি,
অচীকপনা পূক্লীংবু ঈবাং হৌহনবা অমা যাওবি,
মণি মুক্তানা ঙাঞ্জবদা শুক্ষৎপা অমা যাওবি,
কৈশুমশঙদ লৈবনা হেন্না পামজবসু যাওবি।

অখাবা পোক্তসু চানীংবা লৈবনি,
অৰাবদসু নুংঙাইবা লৈবনি,
কপ্পদসু নোক্লীংবা লৈবনি,
ৰায হাযববসু ৰানীংবা লৈবনি।

কাঙলূপ তিন্নদবা মশেল কযাদা যেংথিনবিবা '
মখোযনা যেংথিনবা উকবগা ঐনা ঙৰ্কখি,
মবমদি কাঙলূপ তিন্নদবী মাগা ঐগদি নুংশিনবি,
ইবান্নীদি তাযোন্নবদা থম্মোয শোক্লা কপমিন্নবি।

# নুংশিবগী মমল

মালেম অসি ৱাখলগী পান্নীদা যেক্তুনা
থৱায পানবনা হিংনবা ঙাক্তনি,
পান্দম হাযবসি তুংগী থৱাযনি,
পান্দম যাওদ্রবদি অকংবা উপালগুম্লে।
পান্দম্না নুংশিবগী কংলবা শক্দা
ফজবা শাদোং ওইদুনা যোমই,
নুংশিবগী লমন্দো অৱাবনা শিংঙমদে,
পুন্সিগী লমন্দো নুংঙাইবনা মেনঙমদে ।
কাযববা থম্মোযগীদি লৈকংল্যানি মালেমসে,
মীৎ অসিনা উকদুনা অপাম্না পোকহল্লে,
থম্মোয অসিদা নুংশিববু খঙহল্লে,
অপাম নুংশি মযাযবু কাহল্লে।
অপাম্নবু খঙলমদ্রবা নুংশিববু উবমদ্রবা
অৱাবা হাযবদো খঙজবল্লোইদবনি,
নুংশিনবা কাযনবদা ৱাবোইদবগুম খনখি,
অদুবু কযাদা থম্মোয কাযবক্লিবা।
মবক্লাংদা ৱাবৌনবা লৈখিবদগী
উন্নদনবা লোৎনবসু কযানি।
নুংশিবা হাযবা পোৎশক্নি
লাইনা মীওইবদা পীবক্লবা খুদোলনি,
মী পুন্নমক্কী মসি লৈবনিদি হাযবগা
মশাগী নত্তনা অতৈগী মমন্দি খল্লনকদে।

# লাইরিক্তা য়াওই

লাইবিক্তা লাইগী লীক্লম যাওই,
লাইবিক্তা লাইশু যাওই,
লাইবিক্তা পূক্লীং লৌশিং যাওই,
লাইবিক্তা চৎনবোল যাওই।
লাইবিক্তা যাওদবা কবি লৈ,
লাইবিক্তা ইদবা কবি লৈ,
লাইবিক্তা তাক্তবা কবি লৈ,
লাইবিক্তা নৈনদবা কবি লৈ ?
লাইবিক পাবা থোক্তবা মীৎতাঙবনি,
লাইবিক ইবা হৈতবা লোন থোক্তবনি,
লাইবিক্তা যেংঙু মী ওইগে হাযববদি,
লাইবিক্তা ঙাঙঙু মী থোইগে হাযববদি।
লাইবিক্তা থনম্লবা শিবা নাইববোই,
লাইবিক্তা লৈহৌববা মাঙবা লৈববোই,
লাইবিক্তা যাওববা লাই ওইবে,
লাইবিক্তা ওলহৌববা লাইশু ওইবে।
পৈশানা অফবা যুম পীবদি ঙম্বা যাই,
অদুবু নুংঙাইবা যুম অমদি ওইবোই,
পৈশানা অহাওবা ইনশাং পীবদি ঙম্বা যাই,
অদুবু অবাম খৌবাং পোকহনবদি ঙম্লোই।
পৈশানা অকে অমৌ পীবদি ঙম্বা যাই,
অদুবু অপেনবা পোকহনবদি ঙম্লোই,
পৈশানা হিদাক অমা পীবদি ঙম্বা যাই,
অদুবু মদুনা হকচাং ফহনবদি ঙম্লোই।

# মালেম ইমাগীদমক্তা হিংশি

তম্মী চীংমী খাযগদবা নত্তে,
মীওইবা পূম্নমক্কী হিংশি,
তেংবানবা পূম্নমক্কী হিংশি,
খেন্নবা লৈতে মীগা মীগগী মবক্তা।
অমত্তনি ঐখোয যেলহৌমীনি,
অমত্তা ওইবা মালেমগী,
অমত্তা ওইবা নোংমদোনগী,
অমত্তা ওইবা মীওইবগী।
হিংদ হিংলবদি মালেমগীদমক হিংশি,
মালেমগী লাইনীংদা হিংশি,
মালেমগী চৎন কাণ্ডলোনদা হিংশি,
মালেমগী লৈঙাক ৱাযেলদা হিংশি।
থোক্লিবা কোবৌ ঙাল্লিবা মঙাল,
থোক্লিবা থাজ ঙাল্লিবা থাবল,
থোক্লিবা থৱাম্লিচাক উবিবা ওন্নমক
ঐতগী ওইবা যাবা নত্তে।
কালেনগী নুংশা নিংথমগী উল্লেন
শিৎলিবা নুংশিৎ কল্লবা নোংজু
অশাংপা লৈগী নুংশিবা লৈনম
ঐতগী ওইবা যাবা নত্তে।
হিংমিন্নশি হাযদুনা হিংলবদি,
হিংমিন্নবিবা পূম্নমক্কী হিংশি,
তমগীতা নত্তে, চীংগীতা নত্তে,
মালেম ইমাগীদমক্তা হিংশি।

# থাবলনা লোইনা য়ৌরমগনি

আহ ! করিগী মফজনো
নুমিদাংৱাইবমগী নোংমদোনসে,
কোবৌনা চীংদোন্দগী লৈথখবে,
ঙাঙ্গ্রোনবা সনাগী মশেক্লা শল্লক্লে।
উপাল ৱাপালশিংগী মথক্তা,
অশংবা নোংমদোন্না থাকল খল্লক্লে,
কনাদা হায়কনি কনাদা তল্লুনি
ফজদ্রা মহৌশা লাইবেশ্লীগী মফজসে।
মচুগী ঈপাক্তা মচুগী ঈপোম হৌবে,
মচা কায়নখ্রবী মমা লুম্রাবীসিদদি
ফজবসে মঙোন্দা ফাওবমগদ্রা,
খল্লমগদ্রা ফজদ্রা ঈংদ্রা হায়না।
মমাঙ চীংগী চীংদোন মকুমদগী,
লৃপাগী পুখম মাল্লবা থাজনা,
যাম্মা তপ্পা ঈংনা মোং হাদনা,
খজিক খজিক লীংখৎলকপদু উবকই।
আহ ! থা অসে কয়াদা ফজবিবা,
ঐগীনি হায়জনীংই ঐগী ওইজনীংই,
ঐগী লৈফমগী মপাদা উবা থাজসে,
ঐগীনি হায়না খঞ্জবদা কনানসু যেৎলক্লোই।
নুপীশিংগী থোৎলবা মাযথোঙদসু,
ৱায় ৱায় তাবিবা শন্নাংদসু,
নীক নীক লাউবা ইপাক্তসু,
থাবলনা লোইনা য়ৌবমগনি।

যাইফ পাউজেল

# ৱাখল নঙ চুম্না খনশি (১)

হে ৱাখল কৌবা লাই !
নহাক্সিনি ঐনা খ্বাইদগী ঙক্লিবসি,
নঙনা ওইবা যাদবা অমত্তা লৈতে,
নঙনা ঙমদবা হাযবসু লৈতে।
নীংলকপদা হেক্তা যৌহল্লি,
খল্লকপদা হেক্তা ওইহল্লি,
নঙ ফববা মী অদু ফবে,
নঙ ফত্তবদি মী অদু ফত্তে।
নঙ্গী মশকসু খঙদে নওঙসু উদে,
'র্সিনি হাযদুনা থিন্দুনা তাকপসু ঙমদে,
নহাকপু ঙক্তে কবম হাযগনি ?
নহাকপু পাঙ্গলবনি কবম হাযবোই।
খ্বাইদগী নুংঙাইহন্বসু ঙমই নঙদি,
খ্বাইদগী ৱাহন্বসু ঙমই নঙদি,
খ্বাইদগী লূম্বা পোৎলূমসু নঙনি,
খ্বাইদগী যাংবা পোৎযাংদুসু নঙনি ।
চেক্লাগুম ইশা পান্দুনা পাইহনবসু ঙমই,
লৈচিলগী লৈবাক্তা কোযহন্বসু ঙমই,
লৈনুংদা কুমদুনা শান্নহন্বসু ঙমহল্লি,
নঙোন্দা যাদবা হাযবা সুংলৈ লৈতে ।
মীওইবা পূম্নমক নঙনা তোংলগা থৌই,
থৌবী থুদুনা চিংলগা হোইদুনা পুই,
থৌবিবা নঙ ফববা মী অদু ফবে,
ৱাখল নঙ চুম্না খনশি।

# ব্রাখল নঙ চুম্না খনশি (২)

ব্রাখল নঙনা ঙমদবা হাযবা লৈতে,
নঙনা যাদবা হাযবা লৈতে,
থব্রায পান্বগা পান্দবগা ব্রাবী শানবসু ঙমই,
নঙদি নাপঙবগসু লোল ফাওনবা ঙমই ।
নঙবু খোঙ লোনশিন্দুনা থম্নবা
যুম লৈতে, উপু লৈতে, জেল লৈতে,
নঙদি থম্মোযনুংগী অঙকপা ঈহুন্নি,
লাকপা খঙহৌদে, চৎখিবা উহৌদে।
তৌবিবা পুম্নমক নঙনা তৌবিবনি,
ঙাঙলিবা পুম্নমক নঙনা ঙাঙলিবনি,
অফবা ফত্তবা মী খঙলিবসি
খল্লিবা ব্রাখল নঙগী নশক্তুনি ।
নোংমৈনা কাপ্পুনা মীনা মীবু হাৎলি,
মপাম্ব্রোংদদি নোংমৈনা মী হাৎপা ওইনা উই,
তশেংবদি নঙনা মীদু হাৎলির্বনি,
নোংমৈদুদি খুৎলায ওইকুবগী ব্রাতনি ।
নঙনা মীবু মী ওইহল্লি অফবা তৌদুনা,
নঙনা মীবু শা ওইহল্লি শাবমচৎ চৎহন্দুনা,
নঙনা মীবু লাই ওইহল্লি লমচৎ ফজহন্দুনা,
নঙনা মীবু মীথোইহল্লি কথোকপা ঙমহন্দুনা ।
মী ওইবা, শা ওইবা, লাই ওইবা ঙম্নমক
নঙগী পোখোক ঙাক্তনি হে ব্রাখল !
ব্রাখল নঙসে মীদুগী অশেংবা মশক্লি.
ব্রাখল নঙ চুম্না খনশি।

# থিরকখিগনি অশেংবা নুংশিবা

নুংশিবা মহাক অদুবু
মীৎফমগী ব্রাংমদা থমগনু,
নুংশি লীপুন চেৎহনগে হাযববদি
লংগুং যাম্না পীকহনগনু।
নীঙজবিবা অদু লেঙদনা থম্মু,
মীৎযেং কাবন চলহনগনু.
তমথিবা যৌদোক লাক্কনি,
তুংদা নীংঙমদবা ওল্লক্কনি।
নুংশিবা হাযবা পোৎশক্সি
নোংদম্বনা পীবক্কবা খুদোলনি,
মী পূম্নমক্কী মসি লৈবনিদি হাযবগা
মশাগী নত্তনা অতৈগীদি কযা খন্থনদে।
মহাক অদু ইখঙ খঙহৌদনা
নোংমা অমুক লম্বীদা উন্নবদা
হংবতমক মহংনৈ, 'কবম পাল্লি ?'
উন্নদনবা লোৎনবসু কযানি পুন্সিদা।
ফাংপ্রবা ঈচেল অমুক তিন্নবদবগুম
মবুক্কীংদা ব্রাবৌনবা লৈখিবদগী
ইবাল লৈতনা থাদোক্কীংলবসু থাদোকউ,
অদুবু মথক্তা মপূ অমা লৈ কাউগনু ।
মসিমসু কাউগনু নোংমা নিঙল্লক্লোই,
মসিমসু খঙউ নোংমা নহাক কপ্লকখিগনি,
মসিমসু কাউগনু নোংমা নহাক থিবকখিগনি,
অশেংবা নুংশিবা কদাযদা লৈ হাযনা।

মাইফ পাউজেল

# মপূ অমা লৈরি খঙননবা

ইবুধৌ ইবেন্ধৌ লৈবন্নদগী ইপু লৈবন্ননি,
ইপু ইবেন লৈবন্নদগী ইপা লৈবন্ননি,
ইপা ইমা লৈবন্নদগী ঐ লৈবন্ননি,
ঐগা নুপীগা লৈবন্নদগী ইচা লৈবনি।
চৎথবকপনি ঐখোয় পাথাঙ পুথাঙকোক্তগী
লীশাংশিংনা মালেমদা নোংদম্নগী যৌজালনা
পূন্নমকপু শেন্নীবা মপূ লৈবন্নদগী
লৈবনি ঐখোয় নীংথিববা মালেমদা।
মুৎনাইদবা তেংবানবগী মশাইগোন্দা
শমথবকপনি ঐখোয় শুথাং শুবোল,
শৈথাখিশি ঐখোয় শেন্নীবকপা মপুবু
মাগী খুৎশেম ওইজবা ফংবগী।
শিবগা যৌগদবা লৈথক লৈখা
কনা যৌখি কনা যৌখিদে,
কনা নুংঙাইখি কনা ৱাখি,
কনা লৈবী মদু উকুবা মী ?
শিবগা নত্তে অফ ফত্তগী মহৈ চাবা
শিবগা নত্তে নোংদম্না ৱাবক্লকপা,
তাক্লিবনি ৱাহৈসিনা ফত্তবা তৌদনবা,
মপূ অমা লৈবি খঙননবা।

যাইফ পাউজেল

# মসিদা হিংজবনি ঐ

কোয়না চত্তুনা থিকই ঐ
নীংতম্বা পুন্সি হাযবদুগীদমক
অদুবু কনাবুনো নীংতম্মী হাযগদবা.
কনাবুনো নীংতমদে হায়গদবা ?
অচৌবগীসু চাউনা ঙম্বা লৈ,
অপীকপগীসু পীক্ক ঙম্বা লৈ,
অঙম্বগী মথক্তসু অঙম্বা,
ঙমদবগী মখাদসু ঙমদবা।
অঙম ঙমদগী মবকসিদা
কনানা কনাবু ঙম্মিবনো ?
অমম অঙানসু ঙম্নজে,
নীংতম্বা ! ব্রাহৈসিমকসু নীংতম্নববা ?
মবাল লৈবা মীওইতনা
চৈবাক হেক্তা ফংবা নত্তে,
মবাল ইবৈ লৈজদবা মীওইসু
চৈবাক ফংবা যাওদবা নত্তে ।
নাপলসিদা নৎলমদ্রবদি ঐ
হিংবা ঙম্লমখিগদবা ঐ !
মী ওইনা মীওইলকসিদা ঐ
পান্দম অমগা লোযননা ঐ।
যাযতোং খমদোংবা মপূ মনাই
পূম্নমকসু নাপলসিদা হিংলিবা ঙাক্তনি,
নাপলসিদি থাদোকপা ঙমদে ঐ.
মবমদি মসিদা হিংজবনি ঐ।

যাইফ পাউজেল

# ওইহল্লশি ঈং তপ্লবা মালেম

নঙগী ইমাসু ঐগী ইমা
ঐগী ইমাসু নঙগী ইমা
নঙগা ঐগা কবি থোক্রে ?
ইবান্নী যেংথিনফম থোকপবা ?
নঙগী খুৎলাযনা নোংমৈ,
ঐগী খুৎলাযনা থোর্জে,
নঙগী থম্মোযদা যের্ংথবা,
ঐগী থম্মোযদা নুংশিবা।
ইমাগী ইকাযখুম্নবা তেমশিংনখিবসু,
ইতু ইচাগী ইকাযখুম্নবা মাঙহনখিবসু,
ইচল ইচেগী খুদাং পার্যখিবসু,
খাঙজৈ কাযববা থম্মোয পুবদুনা।
পুযা মৈ থাখিবগী মৈচাকসু,
জুকো ভেল্লি পীথোকখিবগীসু,
মীহাৎনবা আইন থম্বগীসু,
খাঙজৈ খুৎ শা প্রোক প্রোক থেক্লদুনা।
ইমুং অমদা ইমুং কযা থোক্লক্রে,
লৈকায অমদা লৈকায কযা শেল্লক্রে,
মী অমগা মী অমগা যানবক্তবে,
ঐনা চুমই মানা লাল্লি তৌনবক্রে।
নঙ ঐ নুংশিনা হিংমিন্নশি,
নঙ ঐ নুংঙাইনা পাম্মিন্নশি,
মবাল লৈতবা মী হাৎনগুমশি,
ওইহল্লশি ঈং তপ্লবা মালেম অমা।

যাইফ পাউজেল

# থৱায়গী শাদোংদি হকচাংনি

থৱাযনা হকচাংদা তোংলগা চৎলিবনি,
হকচাংদি চৎথোক চৎশিন যাবা লাইশঙনি,
লেঙথোক লেঙশিন যাবা লাইশঙসিদা
থৱাযনা লাই ওইনা ঙান্দুনা লৈবিবনি।
থৱাযনা হবাউ তযাম্বা পূন্নমক
হকচাং ফবগী মখা পোল্লি,
হকচাং ফৎত্রবদি পূক্লীং চঙবা ঙমদে,
পূক্লীং চঙদ্রবদি অনাবা পোক্লকই।
চিঞ্জাক হাযবসি হকচাংগী হিদাক্কি,
নাদ যেক্তনবা মকওইবা পোৎচঙনি,
হূ ওইবা চিঞ্জাক চাবনা হকচাং ফৎহন্দে,
ফত্তবা ৱাখলগী হৌবকফম ওইহল্লি।
মীদুগী হকচাংনবু মনুংঙাইত্রবদা
পোত্থাবা হাযবদু কদাযদা লৈবগে ?
লাইশঙসিনবু শেংলবদা লাইসু হবাউনা লৈ,
হকচাং ফত্ত্রবদা নুংঙাইবা লৈববোই।
নুমীৎকী মঙালনা অমম্বা তাম্থোকই,
থৱায পাম্বা পোৎ কযা কযা হিংহল্লি,
মালেম অসে মীওইবনা লৈগদবা ফম্বাক্কি,
ফম্বাক্সি মোৎলবদি ঐখোয কবি ওইগনি ?
থৱাযদি শিবা হাযবা লৈতে
অনৌবা হকচাং অমদা চঙবতনি,
অনৌবা মপোক অমদা ওনবতনি,
থৱাযগী শাদোংদি হকচাংনি।

যাইফ পাউজেল

# ইরোল ইয়েক কনসি

মৈতৈ নখোযগী নমালোল লৈজববা ?
মৈতৈ নখোযগী মযেক লৈজববা?
পাউখুম পীনবা হোৎনবদা ব্রাহংশিংসিগী
থম্মোয কাযখিবনি মীতৈ ফুরূপ।
খাঙখিবনি মীত্তা পি শীন্দ্রদুনা,
বেঙ্গলীশিংনা তখত্তুনা হংলকপদা,
খুন্ননবা হোৎনখিবনি মতমদুদা
ইবোল ইযেক লৈজবকই ঐখোযগী।
ঐখোযগীনি হাযবদা অমত্তা ব্রাত্তে,
মীবোলনা লাইবোলনি খল্লম্বা
অপোকপী ইমাবু মীবাযকববা নচাশিং
ঙসিদি খোম্লেন মীকপ থোবক্লে।
ইমাগী খোঙ্গুল লীক্লম থিবক্লে,
পঙথকববা মীৎ খংশিং শিংলক্লে,
নীংথম উল্লেন নংলুববা ইমাগীদমক
ঐখোয লৈবী চোংথোবক্লে।
খুন্নাই অমগী লোল হাযবসিদি
খুন্নাই অদুবু ফাজিন্নবা থৌবীনি,
নুংশিজববা ইবোলসি কম্বা ঙমদ্রর্বদি
খুন্নাইসে নোংমদি মাঙখিবা শোযদবনি ।
অচঙবা খুন্নাই অমা ওইবা ঙম্নবা
ইবোলবু নৌনা লৈখোঙ শোন্নসি,
ইযেকপু নৌনা যোকখৎলসি,
ঐখোযগী ইবোল ইযেক কনসি।

যাইফ পাউজেল

# ঈরোলনা ইমানি ঈয়েক্লা ইপানি

ঐখোযনা হেক মীওইনা পোকপদগী
ইমাগী মতম্পাক্তগী হৌনা লোল্লক্লবা
ইমা হাযবদগী হৌনা তল্লক্লবা
ইবোল অসিবু মীবাযফম থোক্তে।
মীবোলবু খঙজিনবদি ফৈ,
ইবোল ইযেকপু মীবাযবদি ফত্তে,
মীগী মবোল মযেক অদুনা
ইবোলনি খন্না শীজিন্নবদি ফত্তে।
ইবৈ খৎপা ঙমদুনা ঙাঙবা হৈজবিবা
ইমানা তম্বীবা ইবোলগী মপান্ননি,
ইহৈ ইশিং তমদুনা ইবা হৈজবিবা
ইপানা তম্বীবা ইযেক্কী মপান্ননি ।
মীযাম মবক্তা তিঞ্জবা ঙমজবিবা
লাইবিক ইদুনা লৌশিং পৈশিঞ্জবিবা
অফ ফত্ত ফোঙদোকপা ঙমজবিবা
ইবোল ইযেক অসিগী মপান্ননি।
ইমা ঈপাদগী ফংজবম্বা পুন্নমক
ইবোল ইযেক্লা লোইনা তৌবীববে,
অদুনা ইবোলসে ঐগীদি ইমানি,
ঈযেক অসিনা ঐগীদি ইপানি ।

যাইফ পাউজেল

# অনৌবা চহী হৌরে

লমতা থা লোইবে,
অবিবা চহী খল্লে,
শজিবু থাগী নোংমা পাল্লে,
অনৌবা চহী হৌবে।
থম্না খেঞ্জোং থিনগৎলক্নে,
মাধবী লৈবাং লৈশাং তল্লক্নে,
উবিবৈনা লৈবাং লৈনম যেল্লক্নে,
কুশুমলৈ লৈবাং লৈকা ফল্লক্নে ।
চুম্নাংলৈ মোমোন নোক্লক্নে,
চীংথ্রাউ লৈকা ফন্না শাৎলক্নে,
অঙাঙবা কুবাউ মপাল শাৎলক্নে,
হৈখা মপান্না পুমঙৌ ঙৌবক্নে।
চুন্ত্রে মপান্না চবোং যাল্লক্নে,
হৈনৌ মপান্না মহৈ ওল্লক্নে,
কুমগী লেনগা শীংনবক্নে,
পৃক্রীং অসে নৌহৌনবক্নে ।
মপূং ফাবক্লবী থাজনা
ঈঙনা চীক্লা ঙাম্দুনা লৈবি,
উন চেনবা নুংশিংনা শিংপদা
থাজ মাসু ঈঙলমাল্লে।
পাববা লৈচিলগী ঙৌকনবা
ইন্নফি অমা ইন্দুনা লৈবল্লে,
ইন্নফিদগী থক্তোক্লকপা মঙালদুনা
থাজগী ফজবা অমুক্লা হেনগৎহল্লে ।

যাইফ পাউজেল

# কায়নদবা য়াদবা পুন্সি খোঙচৎসিদা

মালেমসিদা লাকখিবনি ঐ ব্রাখল চাউনা
কবিসু অমত্তা তৌবা নংহৌদ্রে,
মতমদি যৌশিল্লক্কে হন্ননবা,
কবি পুদুনা হনগদৌবি ?
ঙাইবি ঐনা পুন্সি লম্বীসিদা
লাকপবা হায়না তোংননবা গাবী
পান্দম কয়া থন্নদুনা পুন্সি খোঙচৎকী
খঙহৌদে তাশিল্লক্কে নুমিৎ পুন্সিগী।
ঐবু শাখিনা ঈবাক্লু হনখিবা
নঙনা লৈখিদবগী তাবিখসি
থা অসিগী মনুংদা যাওবমদ্রবা
ঐনা কয়াদা নুংঙাইজবমগবা ।
হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংদুনা
খাঙঙমদ্রবা মৈচাকসি খাঙদুনা
থাংলি খোঙথাং থাংদবা যাদবগী
পোকপা শিবা হৌনবীনি থন্দুনা।
পুন্সি খোঙচৎকী লোইবমদাইসিদা
কবিনো পাইবিবসে থম্মোয অতিযাদা
কবিনো ঙংলিবসে পুক্নীংগী লৈকোন্দা
তাউবিবসে মশেন মবাং ব্রাখলগী ঈপাক্তা।
নুমিৎসিনা লাকপসিদা কাউবা ঙমদে
মিকুপ অমত্তং মীৎকী পিগা লোযননা
অবোইবা খুৎ হাইজবি কাযনবগী,
কাযনদবা যাদবা পুন্সি খোঙচৎসিদা।

যাইফ পাউজেল

# খোন্নাং লমন শিংবা শকচগে

শকচনীংইদা ইমা নঙ্গী মীংখৈবোল
খঙজনীংইদা ইমা নঙ্গী যাকাযবোল
তাজনীংইদা ইমা নঙ্গী যাইফখোল
নচা ওইবা তোল্লবা ঐহাক্না ।
নপাবী নমোম ঐখোয ইশুংলাং
পাযমা নুংখন্নবিবী পিবুক নুংজেংনবিবী
মৈশা মৈৱাযনববী ইমা নঙগী লমনসে
শিংলল্লগে নচাগী মীৎকী পিশিতনা ।
খোন্নাং ঈথক তবং হৌ
থাখুম ফিজেৎ পূমচোৎ চোৎ
পাবী মোম্নু খোন্নাংলিঙৈ থাশেৎনবল্লগা
চবা থীবা কোযনা চৎখিবী ইমা ।
পেনা লূবেলনা ওযগী থাদা থোং
পেনা লূতোন্দা খুৎ ওযনা পায
পেনা চৈজিং খুৎ যেৎনা চিং
শকচনিংই ইমা নঙগী নতিক নযায ।
মীৎকী পিনা নখোঙ শেংজদুনা
নঙগী ৱাখলদা লূপচগে থম্মোয,
ফূদোকচবা ঙমদ্রবা নুংশি ঈফুৎসে
শিংজবা শক্লগে পিসিনা খোন্নাং লমন ।
মীৎকী পিসিনা লৈবাং শক, কৎচগে,
থম্মোয শেংনা পবেং লেং, হুকচগে,
লৌবীযু কৎচবি ইমা নচাগী পিবাংসে,
খোন্নাং লমন শিংবা শকচগে।

# অওনবা হায়বসিমক পুন্সিনি

ওইখোক্কবা হাযবসে অতনবশিংগী বাহৈনি,
ওইখোক্কবা হাযবদি হোৎনদবা হাযবনি,
ওইখোক্কবা অমা শীংনদুনা হেক ওইখোকহল্লবা
গিন্নিস বুক ওফ ৱার্লদ বেকোর্দতা মীং যাওবে ।
মসিগী শীংনবা অসে অথোইবা ওজানি,
পুন্সি হাযবসে শীংনবা মখল অমনি,
শীংনবা যাওদনা মীথোই মীহেম্বা ঙমদে,
শীংনৌ থবক্তা ' ঙমগে তাল্লু মায পাক্কনি ।
কনাগুম্বনা অফবা মীংচৎপু থনম্বা ঙম্লবা
মহাক্কী যেক্লবা পূম্নমক লোইনা মাঙখ্রগনি,
অফবা পূম্নমক মমৈদা মাগী ওইবনি,
অফবা মীংচৎকী উবোং খিল্লম্লনি ।
চাদ্রগা পূক্তা চাকপা নেশানা চাক্রি, ৱাংহনগনু,
থক্লগা ৱাখলবু যুহম্বা নেশানা যুনি, থক্লনু,
হোৎনদ্রগা তাবকপা ফলনা লাযববনি, হোৎনৌ,
ওইখোক্কবা হাযবদি হোৎনদবা হাযবনি ।
কবিগীনো ফত্তবা থবক তৌগদৌবিবা,
কবিগীনো ইশাগী হকাযখুম্লবা মাঙহনগদৌবিবা,
কবিগীনো অনীবক শিবা পামগদৌবিবা,
কবিগীনো মীগী থৌজাল পাম্লগদৌবিবা ?
হিংবা হাযবসি লৈত্রবা কৈদগী শিগনি ?
হিংবা হাযবসিসু শিবা হাযবসিসু লৈত্রবা
পুন্সি হাযবা অমমুক লৈববোই,
পুন্সি হাযবসি অওনবনি, অওনবা হাযবসিমক পুন্সিনি ।

যাইফ পাউজেল

# মীশীং হেনগৎত্রগবু য়াগদ্রা

মীওইবা যুম পান্দবা লুহোংদবা যাদে,
নত্রবদি কবম্না মীশিং হেনগৎকনি,
কবম্না মীবোল মখা শমথহৌগনি,
অঙাং পোকপা তুংগী চাব শেম্বনি।
মীশিং হেনগৎত্রবদি লাযেংশঙ কৈদৌননি,
ফার্মাসি তৌবগী কান্নখিগদ্রা,
কবম্না থোবক্কনি অমোংপা খুঙ্গং,
কবম্না ওইবক্কনি নমথীবা সহব ?
মীশীংনা ঈচাওগুম তেনগৎলমদ্রবদবু
স্কুল কলেজ লিংখৎলুবগী কান্নবমগদ্রা,
কোর্ট জর্জ উকিল হিংবা ঙম্লমগদ্রা,
কমান্দো আর্মি পুলিস মথৌ লৈবমখিগদ্রা ?
মতমসিগী নেশা চাবা নহাবোল লৈবমদ্রবদি
দ্রগ যু গঞ্জা কানি কনাদা যোল্লুগনি,
নেশা লম্লোনবা কবম চত্থবমগনি,
কনাদা হূবান পোৎযোন তৌকুগনি ?
ঐচ আই ভি এইদস নাবমদ্রগবু
কদাযদগী পৈশা থাদবক্কমগনি,
কদাযদগী মযুম মখোল শাবা ঙম্লমগনি,
লোক্তাক লৈবমদ্রগবু এল ডি এ লৈবমগদ্রা ?
লোক্তাক লৈবম্বগী শেল হৈথবকপনি,
স্পীদ ব্রেকব থমদুনা গাবী থুদেক্ত্রবদি,
কদাইদগী গাবীগী পার্ত যোম্বা শিৎকনি,
মৈ লাক্লগবু মোমবর্তি যোম্বা শিৎখিগদ্রা ?

যাইফ পাউজেল

# তোখাই তানহন্বী হাত্তোক্লহন্বী উপাই

খাইদোক শুপ্লাই দিভাইদ এন্দ কল,
ফত্ত লৈঙাক লৌশিং তোখাই তানহগ্লবী,
অকনবা মশেল লাযনা হাত্তোক্লহন্বী উপাই,
বৃটিশনা পাযবন্বা তমথিবা লীচৎকী খৃৎলাযনি।
মীওইবনা মীওইববু লাযনা নমথনবা,
তেনকাপ হিকাপ যাইকাপ তৌনবমই,
ঈ মশেলগী মবক্তা শীংচেপ থাজিন্দুনা
খাইবুং তানহল্লগা মপাঙ্গল শোম্থহল্লি।
ঈ মশেল যেংথীনহল্লগা হাত্তোক্লহল্লমই,
পোকমীন্নবা মচিল মনাও নুংশিনহন্দে,
অপূন্বগী মপাঙ্গলদু হু কামশিন্দুনা শেত্তোক্লহল্লি,
যেক্লববু লাযনা লোইশিন্বা ঙম্নবা উপাইনি।
কাঙলূপ কাঙলূপ খাযদোক্লহন্দুনা
ঈ মবীগী মচিল মনাও খৎন চৈনহল্লি,
শম্বল কবক কবক খাজিন্দুনা চঙনহন্দে,
পাঙ্গল তিংদনা মখোয মশেন হাৎনহল্লি।
খাইদোক শুপ্লাই হাত্তোক্লহন্বী উপাইদি
পূর্নশিন্বা অমদি থেংনবা হাযবসিনতা ঙম্বনি,
অঙম্বশিংগী খূৎলায অসিগী লম্বাদি
অশিংবা লৌশিং লৈবা হাযবসিতনা ঙম্বনি।
নীংতম লালহৌ হাযবসিগী হৌবকফমদি
লম্লৌ লৈঙাক মপৃগী লাম্মীগা
মীখা পোল্লবা লমদুগী ওৎপীববা মীযামগা
অনীগী মবক্তা মুক্লবা অদুনি।

যাইফ পাউজেল

# নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক

পূন্নমক্সে নঙগী ঙাক্তনিকো হে নীংতম্বা '
মবৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা
মবৈবাক নীংবা অথৌবা মচা কমানা
নোক্লা নোক্লা মীহাৎ সগাই কাখিবা।
নীংতম লালহৌদি লোইবা খম্বা নাইদে,
মবৈবাক নুংশিবগী পনখে লোম্বা ঙমদে,
নীংতম্বা অমদি মবৈবাক নীংবা
থিংবা যাদবা মীওইবগী মচৎনি।
মীওইবা ওইনা পোক্লগা তাইবঙপান্দা
কনা লৈবগে মবৈবাক নুংশিদবা
পূন্নমক্কা মবৈবাক নুংশিবা ঙাক্তনি
ঙম্নমক্কা মবৈবাক  নীংবা ঙাক্তনি ।
অলেকজেন্দাব পুরুগী ৱাৰীদগী হৌবগা
গান্ধী, সুভাস, ফগৎসিং, ক্ষুদিবাম
থাঙ্গাল, টিকেন্দ্র, পাওনা, চীংলেন
নীংতম্বা  ঙাক্লবগীদমক্তা মপুন্সি কথোকখি ।
মবৈবাক নুংশিবগী লোইনাইদ্রবা ঈচেল
ঙসিসু চেল্লি মীওইবগী শিংলীদা,
নুংশিবা মবৈবাক্কী নীংতম্নবা হোৎনবদি
মীওইবগী পোকপদগী লোযনবক্লবা হক্রি  ।

## খুঙ্গং

মালংনা লিবি শিৎপনি,
ফৌনানা ঈশং শংবনি,
হৈপাল লৈপালনা লৈতেংবনি,
অচম্বা থম্মোয ফংবনি।
উচেক ৱাযাগী খোঞ্জেল তাবনি,
খোইনীংনা নুংশিনা শৈশকপনি,
ক্বাক্বা লানবাউ চেনবনি,
উথুম্বা তুম তুম খোংবনি।
লৈচীল মপৈ মপৈনা
লোইজিং লোযা পক্না পাইবনি,
লমখুনুনা কুহু কুহু খোংবনি,
থেম্বীনা খোংবা তাবনি।
যেম্বানা নোংঙান মপাও তম্বনি,
হৈ বা মবাঙ কাযবনি,
লৈ শুনা থন্না শাৎপনি,
চবোইনা তেতু খোংবনি।
হৈনৌ মপাল শাৎপনি,
কোকিলনা কুহু কুহু শৈশকপনি,
লবুক লমহাং লান্না
চোংঙা তেনৱা পাইবনি।
শংলেন হানৌ ঈপোমদা
খংগোন খোঙকাপ ৱাযবনি,
চীংগী ঈশিংচাইবীনা চেন্থবগী
ঈবাওখোন তাবা ফংবনি।

# ইরৈবাক লৈবগী ঐখোয়সু লৈবনি

ইবৈবাক্লা কৌবি ইবৈবাক্কীদমক
ঈগী ঈচেল চেল্লিবা অথৌবশিং,
মীকপ খোক্লো তৃমদুনা লৈবগনু,
থৌনা ফববা ইবৈবাক মচাশা হাযনা।
অৱা অনা মযামসে কোক্লবা ইবৈবাক্কী,
তেংথা নাওই মযামসে কোক্লবা ইবৈবাক্কী,
হাংন শুনবা মযামসে কোক্লবা ইবৈবাক্কী,
বন্দ ব্লোকেদ মযামসে কোক্লবা ইবৈবাক্কী।
হোংনবসি অচুম্বা পুবক্লবা ইবৈবাক্কী,
হোংনবসি নুংশিনবা পুবক্লবা ইবৈবাক্কী,
হোংনবসি তঙদু লৈতাবা পুবক্লবা ইবৈবাক্কী,
হোংনবসি ঈঙ তপ্পা পুবক্লবা ইবৈবাক্কী।
লীপুন অমগী লীচিংদা অমত্তা ওইবগী
থেংনবসি ইবৈবাক্কীদমক্তা অপূনবগী পাঙ্গলনা,
ইবৈবাক্কী থৌদাংদা থৌগায পাঙদ্রবা মী
অবেম্বানি হিংলুবগী ইবৈবাকচা ওইনা।
ইবৈবাক লৈবগী ঐখোযসু লৈর্বনি,
ঐখোয লৈবগী ইবৈবাক্সু লৈর্বনি,
ইবৈবাক লৈত্রবদি ঐখোযনা কদাযদা ?
ইবৈবাক্লা পাল্লি ইবৈবাক্কীদমক ঐখোয।
পাঙ্গল লৌশিং থৌনা পুথোক্লুনা
তুংগী যাইফনবা থৌবাং তৌবশি,
থৌনা লৈনা হৌগৎলক্লিবা ইবৈচাশিংদা
তাহল্লোইশি মমি মাযথোঙদা মাযথীবগী।

# সাদু চিরু ঈশিং চাইবী শেমগৎশি

দর্জিলিংগী গঙ্গা মাযা ঈশিংচাইবী কবিসু নত্তে,
শিলোংগী বিদন জলপ্রপাত যাম্না ফজখিবা নত্তে.
সদু চিক ঈশিংচাইবীনা মখোযদগী তাবা নত্তে.
শেমগৎপীবা শাগৎপীবা ব্রাৎপগী বার্তান।
ঐখোযগী ইবমদর্মসিবু থন্বীবা ব্রাৎপগী ব্রাতনি,
ইশাগী ইবন মশক খণ্ডদবগী ব্রার্তান,
মতৌশা লাইবেন্থাগী ফজবনা পিক থম্বা লমদম্নি,
মালেমদা লাইবৈবাক্ক শোন্নাববা লমদমম্নি।
লাইবেম্বাগী শম্লাংগুম চাইথবি ঈশিংনা
যেংবদা ঐ পুমশুম শুমহৎখি.
অরাংবদগী শাংনা চাইথবকপা ঈশিং ঈবাউখোম্না
খোম্জাং থৈনা ঈশৈ শকখি তাম্থা নাইনা
অঙকপনি মহৌশাগা খোযথুম্নবা ঈশৈ।
ঈবাউখোম্না নুংশি কনাপ্ন কৌবগুম তাব,
তামহৌবনী কনাবু তাম্না কৌবগুম তাবি,
মতৌশাগী অঙকপা কুম্মৈদুদা ঙাওজৈ,
অমুক্তসু উৰ্জদ্রবা শক্তমদুদা থম্মোয লপচৈ।
ইবৈচাশংনা যাইফবদা ইবৈবাক্কী যাইফবা,
ইবৈবাক্কা যাইফবদা ইবৈচাগী যাইফবা,
মাখা পোনবগা নীংতম্বগা মুক্রবা কোক্তুনা
নীংতম্বা মালেমদা নীংতম্না হিংনেনবা।
মণিপুবসু লমকোযবগা মফম ওইহনশি,
মহৌশা লাইবেম্বাগী ফজবা যেংগমম্মশি,
মালেমদা মামং চৎপা মফম ওইহনশি,
সাদু চিক ঈশিংচাইবী শেমগৎশি।

যাইফ পাউজেল

# তপ্না তপ্না হৌদোক্কুনা য়াকায়হল্লশি

খণ্ডজকদ্রে ঐ মতমদুদা
কবিগী লৈবাংনা লৈশাৎ তল্লক্লিবা,
কৈদগী হুল্লক্লিবনো নুংশি লৈনম,
কবিগী পুবক্লিবনো খোযবাংবা লৈনমদুনা।
লৈবল্লেদনা লৈবাংদি থম্মোয লকানুংদা
হা হা লাউনা মবাং কাযনা,
যেন্নীংথা লাক্লগা ঈবাংসু পোক্লক্নে
সিদনিসু খণ্ডদে শোমদনিসু হাযদে।
অঙাওবা ঈথক্কা তুংথ মাংথ পবেং লেং
থেংলবি ঈথক্লা নমথেঙ নমথেঙ থম্মোযদা,
তাবগুম তৌবে অবাপ্পদা ঈশৈগী শুব
ইবাং ঈথক ইহুন খোঙদাবক্রে থম্মোযদা।
ইবাঙ পক্লবা ঈচেলনা
পুন্সি তোবর্বান লৈবাযদা
শাফু কন্না থেংলবি
হঞ্জিন হঞ্জিন যৈববি।
উদ্রিঙৈ খল্লম্মী উজববদি অমুক্তং
শেংলববা মিৎমক্লা উর্বিসিবু অমুক্তং
অসিগীবা শদৌথোং হোৎনবিববু অমুক্তং
কোকচগনি ইপাপ কৎচববদি অমুক্তং।
লৈবাং শাত্তবা শাৎলক্নে,
হৈবাঙ মুন্দবা মুল্লক্নে,
তুমিন্না তৃমদুনা লৈজবন্না থম্মোয
তপ্না তপ্না হৌদোক্কুনা যাকাযহল্লশি।

যাইফ পাউজেল

# মঙাল লাকপা ঙাইরশি

যেংবদা মকম কাববা ষন লাবগুম
মপাঙ্গল কনগদবা মানবা মীহুৎশিং
থাগৎখি প্রজা মীযামগী মীহুৎ ওইনা,
লৈঙাকশঙগী থোঙ্গাল ফাওবা থিনজিন্নীকই।
মহৌশাগুম তুমিন লৈখি মবোল থোক্তনা,
কবিসু অহোংবা পুবক্তে হান্নগী হান্নদুনি,
লাযববা প্রজা অবেং অবেং পুখবি,
মীচম প্রজা তনীক তনীক হিংলি।
মথোঙ মবম খঙদবা মীওৎ মীনৈ
তৌশিন্নবা ঙাইহাক্কী তাত্তা থাজকবা
থামম্না অহিং অমদা লেপ্লি মীচম কযা
মীকপ মীবাওখোলতনা পৃমনীল নীপ্লি।
অৱাবা অহিংগী অমম্না কোক্তুনা
কৈদৌঙে লাক্কনি নুংঙাইবগী মঙাল
ঙাইবদা অসুক্কী মতিক ৱাবেদকো,
অদুবু নোংদি সুকঙান ঙান্দবে।
অদু ওইববসু ৱাখল অদুদি থাদোক্ত্রি,
অৱাবগী পনখৈ লান্দুনা লাকখিগনি
নোংমদি শোযদনা নুংঙাইবৰ্কখিগনি,
মঙাল ফৃদোংলকখিগনি তশেং তশেংনা।
হৌজিক্তি তৃম্বদগী মিকপ থোক্লশি,
উইশিল্লিবা মিৎ পাঙলশি,
পঙশিল্লুববা নাকোঙসি শিংলশি,
মঙাল লাকপা ঙাইবশি।

যাইফ পাউজেল

# অনৌবা চহীনা লাকপদা

অবিবা চহী লোইখবে,
অনৌবা চহী লাক্লে,
হেন্না চহী যামখৎলক্লে,
হেন্না অহল ওইশিল্লক্লে।
মীৎ উবগী চাং হন্থবক্লে,
না তাবগী চাং ৱাৎশিল্লক্লে,
হৌবিবা যা তেকশিল্লক্লে,
অমুবা শম ভৌশিল্লক্লে।
নোং অমুক ঙান নুমিৎ অমুক তা,
নোংমগী খবা চাশিন অমুক খাইদোক,
মল্লবা ফমুংদা অমুক তুম অমুক হৌগৎ,
অসুম্না অসুম নোংমা নোংমা হৌখি।
মীওইবনা মতম খবা হিংলম্লিবা
হে অশিবা নঙগীদমক্তবা ?
নুমিৎনা কোক্তোন লোম্লক্লে,
নুংশাগী মৈশানা কোকথক্তা হৈথবক্লে।
চৎপদি লেপ্তে পুন্সি খোঙচৎ,
চৎনা চৎনা নুমিদাংৱাই ওইশিল্লক্লে,
ও হৌজিক্তি চৎপদা মঙম শান্দবে,
শাথিনা চোকথবে ইশাসি পদ্রাক তাবে।
নীংশিংবা ৱাৎলক্লে পেং চোইশিল্লক্লে,
তপ্না তপ্না মীৎসে উইশিনবা হৌবক্লে,
তপ্না তপ্না শিননবা ত্নমথবা হৌবক্লে,
অনৌবা চহীনা লাকপদা।

**যাইফ পাউজেল**

***কেশো সিংহ ইরেংবগী শৈবেংগী লাইবিক "চেম্বরকপা শৈবেংগী ঈচেল" গী***
**মবমদা মীওই কযানা পীবীবকখিবা ব্রাবোল খবা মখাদা পীজবি।**

মণিপুবগী লৈহাওদগী ওবিজিনেলিতি অমগা লোযননা শাগৎচবিবা কবিগী পোৎথোক ঙাক্তনি। ঙবাং ঙসিগী মণিপুবগী পুঙ্গিদা শরুক যাবিবা অইবনি। মদুনা মাগী খুৎইগী ব্রাখল্লোন্দা মতম মতমগী ওইবা সমাজিক দর্শনগী মর্ম তাবি।

*ঐখোযগী পম্বুং, জুলাই, ২০০৩*

ফৃগাযনা শাৎলবা নুংশিবা লৈনম চেল্লবা লৈবাংশিং অদো হাপ্লবে মৈতৈ সাহিত্যগী যেন্দাযদা। যেংবদা পৃক্লীং হূববা লৈনমদি চেন্দবা গম্লাগী লৈবাংগুম্বা নত্তে। শাববা মরুভুমিদা হৌবী মীওইবগা শীংনবী মহুব্রা লৈবাংগুম্বসু নত্তে। পাক্লবা লমহাংদা হাইনা হুম্না মকে শেমদুনা শাৎলিবী মীওইববুদি পুন্না যোৎশীনগে খল্লিবী পোপী গুম্বা লৈবাংসু নত্তে। লৈনম্না লৈকায পল্লানগদবা অদুগুম্বা লৈকোনগী লৈবাং ওাক্তেনি। ঙসিগী সমাজ অসিদা মহৌশাগী ফজত্রবা নীতি-নীযম, থকশি-থাশি কয মন্দ ফংনা মাঙখ্রবদা শোকচীল্লক্লিবা ইবমদম অসিবু ঐখোয অমঙা ওইনা কলঙৌশি হাযদুনা পাউজেপ্তবি।

*মৈংথাম ওঙবী সুবদনি দেবী*

পৃক্লীংদা ফাওবকপা তোঙান তোঙানবা ইমোসনশিংবু অতেম্বা ছন্দ নাইবা, অমেংবা বাহে রা তানা অপাবশিংগী থম্মোযবু হুমদুনা পূবা ঙম্বা আর্সনি। অতোপ্পা মওংগী শৈবেংশিংদগী খেন্নবিবসি সবজেক্তিবিটি, ইন্দিভিজুযেল্টি অমসুং পার্সনেল ইমোসনশিংগী তোঙানবা মশকশিং শৈথাবকপদনি। হিবম অসোমদা যেংলুববদি কেশো সিংহ ইবেংবা মায পাক্লবা কবি অমনি হাযবা যাবে।

*ওইনাম আনন্দ*

অইবা অমনা পীনিংলিবা পাউজেল খূদিংমক্তি ফজনা শাবা ঙম্লে হাযবসিনি। শৈবেং খূদিংমক পাবদা অঙম্বা চীংদোলদগী, লোকচপ্পগী তম্পাক যৌনা ওলো ওবো চেম্বুবদুমক হেক ওই। ওজা কেশো কবি হাযবা মীংথোল অদুদৈ কবম্না নাম্থোক্তুনা চৎপা ঙমগনি।

*ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম*

যাওবিবা শৈবেংশিং অসি মপূম ওইনা যেংলবদি ওজাসি ঈশ্বরগী অচানবা মনাইনি হাযনা ফাওবা মীংথোল পীজনীংই। মতমগী মমলবু লৃম্না লৌনববনা ওজাগী শৈবেংনা হাযনীংবদুতং পাওদমলম্বা, ব্রাকোই শুবমদবা যাম্নমক লাইবক ফববনি । ঈশৈ শৈবেংগী মশক ওইবা তোপ-তোপ্পা অনৌবা মচল অমনি । ওজাগী থম্মোযদগী চেম্বুবকপা অশেংবা শৈবেংগী ঈচেলনি ।

*মোহমদ ইসলাউদ্দিন শৈখ*

মহাক্কী শৈবেংশিংদা গীতাঞ্জলিগী প্রভাব যাম্না নিংথীনা তাবি । তশেংনা হায়ববদা কবি ইবেংবা মনিপুরী সাহিত্যদা ২১ শুবা চহীচাগী অনীশুবা ৰবীন্দ্রনাথনি হায়না শক্তাকপা ফাওবা যাবক্লবনি । মীংচৎনা অদোম্বু ঙাইদুনা লৈবি হায়বসি মতম পুন্নমক্তা নীংশিংবিযু । *ইচেম্মা, মার্চ ২০০৪*

লৈচনশিং অদুদি লৈঙাক্লোযশিংবু কবেম্লবা, মীখা পোনবা লোইলম পামজদবা, যৌনাফবা ফৰীশিংবু নীংশিংবা, মবৈবাক্কীদমক থৰাযনা পোম্থা ওইখিবশিং, পুৱাবীগী কংলৈবাক, নাৎকী ওইবা চৎনবী, তোখাই তানিংদবগী পূন্না অমত্তা ওইনা নুংশি- চান্ননা হিংমিন্নবগী ৰা, পূম্নমক শুনা লৈ পবেংগী নাচোমগী লৈচন ওইনা যাওবি । লৈচনশিং অসিনা হেন্না মপূং ফাবা লৈ পবেং, লৈ নাচোম পলেম কংলৈ পোকপী ইমাগী শেমজবা ঙম্লনি। শম্না হাযববদা, কবি ইবেংবনা লাইবিক্কী শক্তমদা অনৌবা মওংগী অনৌবা শক্লোন অমা পুথোবক্লুনা ফোঙদোকপিবকপা অসি নুংঙাইজে অমদি খোইদোক্লা পেঞ্জে । *থাইদেম প্রমোদিনি থাঙানবা*

কেশো সিংহ ইবেংবা, কবি অমা ওইবগী প্রতিভা চপ চানা লৈববা মীশক অমনি। প্রেম ভক্তি অনীগী লীচিং ৰাংনা লৈবা কবিনি। ভক্তি লৈতবা মীশক্লা শৈবেং ইবা যাদে। মীওইববু, থৰাযশিংবু অমদি প্রকৃতিবু নুংশিজবা কবিনি। শৈবেংনা থৰাযনি পুন্সি খল্লিবা কেশো অৱাংবা থাক্কী কবিনি। *ডাঃ এম প্রিযোব্রতা*

ওজা কেশো ইবেংবগুম্না অচুম্বা পামজবা থম্মোয শেংবা মীশক চাম্ম চাম্মা কাচিন কোযাদা লোত্তুনা লৈবি। পুন্সিবু শীংনদুনা লাকখি। মাগী নুংগী কল্লবা ৱাখল লীচিংনা মাবু ঙসিদি মায পাক্লবা মীশক ওইনা পুদুনা লাক্লে।

*সৌবাম তোম্বা লুৱাং*

মহাক্কী ৱাখল, থম্মোয, পুক্লীং অমদি আশা পূম্নমক্লা মাগী শৈবেং শাগৎলি। মাগী শৈবেংনা মাগী পুন্সি শেম্লি। কবি কেশো মবৈবাকপু নুংশিবা হাযবসি মাগী শৈবেং মতেক "ঐ হিংলম্মী খঙনবা, কবিনো খবদি তৌবম্লগে, লৈবাক্কী খুনাইগী যাইফনবগীদমক, মসিনা অবোইবা ওইবগে।" অসিনা খঙহল্লি।

*কোংখাম বাখো*

তশেংনমকসু অইবা কেশোগী শৈবেংশিং পাকবা খুদিংমক্কী থম্মোযদা ৱাখল কযা খলহন্নতা নত্তনা মহাক্কী শৈবেংশিংদা তোপ তোল্লা মহাউ অমদি অদুম্মক যাওবি।

*কোকিল, হুইযেন লানপাও (মৈতৈ মযেক)*

শৈবেংশিং অসিদা নহানমখৈ খেংনবকপা ৱাহৈশিংগা মান্নদবা যাম্না চম্না ৱাহৈনা, যাম্না লুবা ৱাহম্বোক অমা মনুংদা পুদুনা চৎলি। শৈবেং পাবদা ঈশৈ তাবগী নুংঙাইবসু ফাওহল্লি। যাম্না মপাঙ্গল লৈ।

*ওক্রম বসন্ত মৈতৈ*

কবিগুম্বা মতাংদা থুক লাউবা পোকই। যাম্না নিংথিজনা পুন্সিবু শৈথাবা চাংদম্নবা কযা পাকবদা মশক্লাইবা অমা ওইবক্কনি হাযনা থম্মোযদা চেংনা থাজবা লৈজে।

*শ্রীঅবিবম আইশো শর্মা*

মখল মথেল বস শুনা যাওববা শৈবেং লাইবিক্কি মণিপুরগী অখন্নবা সাহিত্যগী মচাক্কি।

*হৈস্নাম বঘুমণি সিংহ*

মগুণ লৈবা, অর্থ চেনবা, মহাও যাওববা অচম্বা ৱাহৈনা লৈচল ওইবগা পবেং লেংই, ছন্দ কাযহন্দে, ঈশৈগী শুব অমসু ইবোইনৈ। ৱাকৎ মতাং চায। নিজবদসু থম্মোয যাওই। তেংথাবদসু হেক্তা কপই। ৱাখল্লোন মযার্নসিবু মওঙ তানা শৈবেং ওইনা পুথোকপা ঙম্লিবা কবি ইবেংববু থাগৎতবা ঙমদে।

*জাতিশ্বব সৌবাম*

ইবৈবাক ইবমদম অসিগী অৱাংথংবা মাযকৈদা সাহিত্যগী লমদা মাওজিন থাবিবা কবি কেশো সিংহ ইবেংবগী 'চেম্ববকপা শৈবেংগী ঈচেল'বু পাজকবদা কাউওমদ্রবা শক্তম কযানা মীৎম'ঙদা শং শঙনা চোংথোবকপগুম উহনখি। কবিগী মফমদগী ঙক্লবা ঙমখৈ লৈত্রবা চেম্ববকপা শৈবেংগী ঈচেলবু ৱাংনা লৌজদুনা লাইবিকসিগী ৱাখল্লোনবু ইকায খম্নবা উৎচবি।

*শগোলশেম বিলাশিনি*

শৈবেংগী লাইবিক্লিদা যাওবিবা মচাকশিংদি মমল যাম্না যাম্না মযেক ঙাক্তনি হাযবদা হাযমম্বা থোক্লবোই। ইতোপ তোপ্পা মওঙ অমদা পুথোকপা খুৎপুথোক্কী লাইবিক্কি হাযনীংই।

*লৈশাংথেম ইবেযাইমা*

# Kesho Singh Irengba




Date of Birth 6th October, 1951
Father's Name Late I. Ningthemton
Mother's Name Late I. Ketuki Devi
Qualifications B. A. with Various Trainings

**Published Books**

1. Chentharakpa Sheirengi Lehel 2002 (Poetry)
2. Paokhong Singju Mathel Ama 2009 (Literary Riddles)
3. Bangladesh Khongchat 2013 (Travelogue)

**Ex-Editors of**

1. Ex-Editor of Imagi Khonjel 2004 (Anthology of 99 Po[illegible])
2. Ex-Editor of Ngaklou 2011 to 2013 (PAWF [illegible]rnal)
3. Editorial Board Member of Leraokhol (IMAKHOL's Jou[illegible])
4. Editorial Board Member of Ngaklou (PAWF Journal)
5. Ex-Editorial Board Member of Short Story Society India

**Awards received**

1. 2nd Prize of the College Level Essay Competition 1971
2. Dr B R Ambedkar National Fellowship Award 2005 Delhi
3. Mahatma Jyotiba Phule Fellowship Award 2006 Delhi
4. Bharat Jyoti Fellowship Award 2007, Mumbai
5. Chandrashakhi L. Chumthang Lit Award 2008 (Poetry)
6. Rastriya Akatmata Fellowship Award, 2010 Mumbai
7. Sahitya Ratna 2010, Nasik Maharastra
8. Chandrashakhi L. Chumthang Lit Award 2011 (Prose)

**Life Members of Literary Organisations**

(1) Founder Gen. Secretary IMAKHOL Awang Potsangbam
(2) Cultural Forum Rupmahal Tank Imphal
(3) Manipuri Sahitya Parisad Imphal
(4) Naharol Sahitya Premee Samiti, Imphal
(5) Patriotic Writers Forum (PAWF) Imphal Manipur
(6) Ex-V. P. of All Manipur Columnist Union Manipur Imphal
(7) Ex-V. P. Short Story Society India, H.Q. Lakshipur, Assam

IMAKHOL

কেশো সিংহ ইরেংবগী শৈরেংগী লাইরিক "চেষ্টরকপা শৈরেংগী ঈচেল" গী মরমদা মী ওই কয়ানা ইবিরকখিবা অমদি শীবীরকখিবা ৱারোল খরা মখাদা শীজরি।

"শৈরেংবগী থম্মোয়দদি ফজবগী ফজবা ভাক্তনি । মাগী মীয়েংদা অচুম্বা, মাগী ৱাখলদা কান্নবা, সত্যম শিবম সুন্দরমগী শক্তোন্নি । মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা, মনাৎ-মরোলবু কন্নিংবা সদভাবনাগী ৱাখল চেনবা, অনেম-অৱাংগী পন খায়দবা, মপূবু কাউদবা, অপুনবগী শক্তমবু ভাকচনীংবা, মহৌশা লাইরেম্বীবু নীংজবা অসিগুম্বা অশৈবা অসিগী থম্মোয়দগী চেষ্টরকপা শৈরেংগী ঈচেলবু করিগী লৃদনি ?"

শ্রীঅরিবম কুমার শর্ম্মা

"মপূংদা ঈচেল অহুম্নি, শেংলবা ত্রিবেনীগী ঈচেলগুম পোক্লফম লমদম্বু নুংশিজবগী, তাইবংপুন্সিগী বাহম্বোক থিবগী অদুগা তাইবংশেম্বা মাগী মফমদা চওজবগী। পুন্সি হায়বসি করিনো ? কবিসু থিরি পুন্সি খোঙচৎকী তাংকক কয়াদা। লম্মুক্লরবা কণ্ডাওনরবা তাইবংমীওইবগী পুক্নিংগী শান্তি ফংনবগীদমক। কবিসু চঙজৈথোক্লজালহৈবা মাগী মফমদা। ঈশ্বর ভক্তিগী ৱাংলবা দর্শন্নি।"

নোংথোম্বম কৃষ্ণমোহন সিংহ

"অয়াম্বনা কন্না হোৎনরবা মতুংদা ঊনরিবদি অনীশুবা মীৎয়েংফাওবদনি। অনীশুবা মীৎয়েংঅসিদনি অয়াম্বা সাহিত্যনা লোৎলিবা। অয়াম্বা কবিনা কুমখরিবদি তাংকক্তি ফাওবদনি। মসিদগী হেন্না চঙশিল্লীংঙোই ওইরিবদি অহুমশুবা মীৎয়েংনি। অসিগুম্বা অহুমশুবা মীৎয়েংঅসিবু ঈথৌলাংবা পোককবা অমদি অনীশুবা তাংকক্তা খোঙলেপ্লদুনা তাইবঙ মালেমপাম্বিগী অচৎ চৎত পুন্নমকপু নুংশিন্না য়েংলরিবা ওইবনি।"

ডাঃ [illegible]

"অইবসি কবিগুম্বা মতমদসু নুংশিবদা ঙাওরকই। নুংশিবনা মাগী থম্মোয়বু [illegible] ফাজিন্দুনা থন্নকই। অইবসিনা কনাগী থম্মোয়বু ৱাংনা পায়রগে। ঈনা চৈকসু থৌরদে। অকম্বা অয়াকপা খোন শীজিন্নগে। খোংনা খোংনা খেন্দুনা ঈথইলগী থম্মোয়বু চাংয়েংজৌই।"

এ সি নৈয়া

"মসিদি অইবগী মেজিক রিএলিজিমগী ফলক অমনি। কন্নাগী মফুনা শঙলীন্নবা [illegible] ইন্দ্রি শীংলবা তাইবংপান অমবু শাগৎপনি। মশাম্বোংগী অচুম্বগী নাহোংলোং নুংগী ওইবা অচুম্ববু খিবগী লোইনাইদ্রবা খোঙচৎনি। কন্নাগী সংসারবু মপান নাইদবা হৌনবরা ? মসিগী পনখৈবু লোইনাইবা লৈবরা ? অদুগা মহৌশা মুংশেমগী ককবনা ঙাওয়েহিনবা কনা কনা লৈবগে ? ঈ মশেলবু অমম্বা ওইনা একটাগী থৌরীনা (লীপুয়া) পুকিন্দুনা শান্তি লৈনা পুন্না হিংমিন্নবদু শাম্মনি। 'শান্তিগী হৌরকফমদি নুংশিনবনি' হায়বসিনা শান্তিগী ঈথৌলাংবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা শান্তিগী হৌরকফম খিরি।"

ডাঃ শরতচন্দ্র লোংজোম্বা



ইমাখোল পব্লিকেসন, মণিপুর



ISBN 978-81-926804-5-3
9 788192 680453